

লাইরিক কোংব :–

কংলৈ পব্লিসিং হাউস,
ইম্ফাল ।।



অহানব ফোংব — ১৯৭১ ইং, সেপ্তেম্বর ২০ ।

অনিশুব ফোংব – ১৯৭৯ ইং, আগস্ত ১৫ ।।

অহুমশুব ফোংব — ১৯৮৮ ইং, নবেম্বর ৬ ।।

মলিয়াফম চহিরোন – [illegible]৩৮৫

নমথম :–
গীতা প্রিন্তরস
কাংঙবম লৈকাই, ইম্ফাল

# চিংউ মাইচৌঙ্গা

কংলৈপাক নংগী নরমদম
"মণিপুর" থোনব য়াখিদব,
কংলৈরোনগীদমক্ত থৌরাইগী পোন্থা পিখ্রব,
"ঈচা খোমদোন মৈরোৌবী চেৎন ম্যাল্লো"
হাঙ্গৈরম্নগ রাহৈসিংদে
কংলৈপাক নমাগী তমপাক্ত
চিক্ত তুমখুল তাল্লিবও পাথোবা,
য়াকাইব মতম ওইদ্রিবরা
মতমগী খোংলৈদি সুরেদো ।।

কে চিংউ মাইচৌ-ও
মতম খোংলৈ থাবও,
খোংনাং থাব লৌরেম্বা,
পাথৌ মায়চৌ নখুবাক্ত
কংচরি পাংদব নস্তুগী
"অহুহৈঙ্গী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে ।"

পাংব্রব নস্থ
—কাংজায়া

থরানগী ৮নি পানব, মলিয়াফম চাহি -৩৩৭৬,
ইম্ফাল ।।

# অনিসুব খূৎনমগী পনব-তাব

খ্রিস্তগী চহিরোন ১৯৭১ স্থবগী আগস্ত থাদ ঐগী "অহৈগী কংলৈপাক মণিপূর নত্তে" হায়রব রায়েৎ-লাইরিক অসি ফোংজখি। লাইরিক অসি ইবস কংলৈপাক (হৌজিক্কী মণিপুর) অসিদদি লাইরিক লাইস্থ অমদি অতৈ অতৈ নৈনফম থোক্কপ মচাকসিং মরাং কায়ন লৈত্তব মরম্ম ভারতকী অতৈ লৈপাকসিং-দগীস্থ চংতুম থিজ্জিনৈ লমদম অসিগী পুয়া পাফলনচিংব কয়াগী লীথূলগ অতৈ লমসিংগী চেজল-লাথুপসিং লৈরিব কয়াগ থানদুন য়েংলগ ওইথোকপ য়াব লমদমসিগী মীহোৈরোনগী খ্বাই-দগী মরূ ওইব তাংকক অম লান্দুন লৈরম্বদগী চুমথোরক্লব রায়েৎ-পরেং অম মীয়ামদ লানথোকচখিবনি। য়ুংফম লেতব পুমহাক-মারী কয়াদগী ফুরুপ অমগী মীহোৈরোন ইথ হোব হায়রব-সিন ফুরুপ অদু হোৈরকফম মফম খণ্ডদব ওইহনবত নত্তন লাম্ন ভস্মীরব মীহোৈরোন অদুবু খণ্ডলুব পুম্নমক মিৎয়েং লান্দুনে অরেম্বদ মতম কয়া মাংগনি। মীহোৈরোনবু মরক্ত সেমজিনখিব অম লৈখ্রবদি অমুক রায়েৎ চংদুন চুমথোকপ হায়রব অমস্থ চংগনি। সিন্থা অসিমক্তি মসাম রায়েৎন পৃথকপ রারোই (লোজিকেল কনক্লুজন) গী মথৌ তাই। অদুগুম্ব রায়েৎ পরেংগী রারোইলিংন মীহোৈরোনগী অমোৎ অকাই লৌথোকপ লোইরগ অসেংব মসক মমিং অদু অমুকস্থ তাক্লম্ব তাই। লাসে হায়রম্লগ চুম্লিবদু উৎলমজবদি অচুম্বদুগী মমল ফংব ঙমদে। অদুন অরোইব মতাংদ লৈপাক অসিগী অসেংব মমিং মসকপুস্থ লৌথংপ য়াব সরুকমথৈ লৌখৎদুন উৎনবা হোৎনজৈ।

লাইব্রেরিক অসিগী অহানব থুৎনম অহু লাইব্রেরিক হেক পুথোকপ মতুং থা ২ থক্তেংগী মন্নুংদ কোপি লোইনমক লোইথোকখি। লময়দম অসিগী লৈপাকমচাসিংন নৈন মীকম কয়াদ, লাইব্রেরিক ইবদ অমদি লৈপাক্কী থাক্ত পাংথোকখিব থৌথোক কয়াদ লাইব্রেরিক অহুবু পুথোকখি, লৌখৎপ য়াব ঋাকম কয়াস্থ য়াম্ন পূক্লিং থৌগৎপিবগ লোইমন লৌখিখি। ঐহাক্ত খজিক্তং হোৎমজক্লব অসিদ পূক্লিং থৌগৎপিবশীদমক্ত ঈশ্লৈপাক মচাশিংগী মফমদ সিংঙমদ্রব লমলস্থ তোঁনশিজে।

অনিস্থব থুৎনম অসিদ্রস্থ থামজুন য়েংব সুংঙাইনবগী-দমক্ত পাকল ( ম্যেপ ) মসীং হেন্ন হাপকৎলে। নৌন ফংলকপ মচাক মঙ কয়া অমস্থ লাইব্রেরিক অসিবু মপূম ওইন অমুক হন্ন য়েংসিন্নুন হাপচিনব ওমজখি। মচাক কয়ামক্লম লাংথৎচবদ লৈপাক্কী অথং অহৈ কয়ান মতৌং পাংখিখি অমস্থং মপানগী মরুপ মপাংসিং কয়ামস্থ সিংঙমদব মতৌং পিখিরকখি। অহুগ লময়দম অসি মহাভারত পূরানদ য়াওব মণিপুর অহু নত্তে হায়বগী ঐন পিজ্ঞব থূদম চাংদমসিংদ মপুক্লিং পেনখিখিব লৈপাকসিগী ঋাংমদ লৈব অতোপ্প ফুরুপকী ঈচিল ঈনাও কয়ান লাইব্রেরিক অসিবু মরোল তিমত্রফাওবদ লাইব্রেরিসিংদ থমনবগী-দমক্ত মসীং য়াম্ন লৈহুনস্থ পুথি। অস্নুম পূক্লিং থৌগৎপিরম্ব অসিমক ঐতোন্দ পাঙল অমা হাপ্পগুম ফাওজখি।

কংলৈপাক থৌসিনকোন ময়ায় সংলেনগী মীওই কয়ান লাইব্রেরিক অসিগী অনিস্থব থুৎনম পুথোক্লব হোৎনবদ মমল নাইজ্রব মতৌং কয়া পাংখিখি। লোয়মন গীতা প্রিন্তর্কী ঈচিল ঈনাও-সিংনস্থ থৌরাই য়াওন হোৎনবিহুন অথুব মতমগী মন্নুংদ লাইব্রেরিক অসি লোইসিনখিখি।

ৱারেং লাইরিক অসিন তুংলমচংকী অমদি মাংলমচংকী লৈপাক অসিগী মীহৌৰোন্দ লাম্ন লাম্ন সেমজিন্নকগী পুক-চেল অহুবু অমদি অৱানব অহুবু য়ুমফম ৱাওদন হেক্ত ইসিন-গনি খল্লিব ফত্তব হৈনবী অনিমকী মমি খরদং চামথোকখিব ওয়বদি হোৎনজমন মমীক খরদং লৈহৌরে খনজগনি ।।

প্রো: কাংজীয়া, এম, এ. ( ফিল )
ডিপার্তমেন্ত অফ ফিলোসোফি, ওয়িয়েন্তেল কলেজ,
ইম্ফাল ।।

আগস্ত ১, ১৯৭৯ ইং ।।

## অহুমসুব খুৎনমদ ৱাহৈ খরদং

কংলৈ পব্লিসিং হাউসন উজা কাংঙ্গীয়াগী মমিং লৈরব লাইব্রিক " অহুঙৈগী কংলৈপাক মাণপুর নত্তে " হায়ব অসিগী অহুমসুব খুৎনম নমঙ্গনবগী অয়াব ফংঙব অসি য়াম্না নুংঙাইজৈ। মরমদি লাইব্রিক অসিন মমতুন লৈরম্লব কংলৈপাক অসিগী মীহৌরোন্দ অনৌব অচুম্বগা লম্বেল অম তসেংন পিরি। নাতৈ চাদব মীয়াংদ পুথোকপ য়ারোইদব মরক্তগী থেংচিল্লকপ মরী লৈনদব ৱাফম কয়ামরুম অমন লমদমসিগী মীহৌরোনবু কুপসিন্দুন মত্তম সাংন লৈরম্লে। তুংদ হৌরক্লিব মীরোল কয়াদ লাইব্রিক অসিন অরানব মীহৌরোনবু চুমথোকহৌননবগী চাউরব মঙাল অম পিত্থন লাকখি। অরানব মীহৌরোন অসিবু চুমথোক্কদবনি হায়বা অচুম্ব ঈহৌ অম লমনমসিদ লাক্লিবসি মরু ওইন লাইব্রিক অসি খ্রিস্তগী চহি ১৯৭১ সুবদ ফোংদোকপিরকপদগীনি হায়বদ হেনজিনব থক ওইত্রবনি।

ল্যব্রিবদি উজা অসিন ভারতকী অরাপ্প লমদম কয়াদগী মচাক খোমজিনব মনুংগী পুয়া· পাকল, য়ায়ী সিংবুল খোমগৎপদ মতম সাংন চংখিব সেলগী মপান নাইদব চাদিংসিং অহুদি লাইব্রিক অসিদগী কারকপ সেলফম থর অহুমদি সরুক ও থোকপগী ১ ফাওব হনজিনব ঙমখিদে। মতুন তুংদ ইরক্কদব লাইব্রিক কয়াগী থিগং হুমগৎপগী লম্বীদ খোঙথাং ভপথরকপ তাখি। অসিগুম্ব থুদোংচাদব থর অসিদং কংলৈ পব্লিসিং হাউসন সরুক খরদং য়াজব ঙমজব অমিন হাউস অসি লৈজরবগী ৱাহৈ য়ানজরে হায়ন থনজৈ।

মতাং অসিদ য়াম্ন ওকচব অমন লাইরিক অসি নম্বদগী লেমজ্জহৌব সেল-থুম মরিক অমত্ত উস্না অসিন লৌবিয়ু হায়ব য়াবিদব অসিনি। উজাগী কংথোকপগী পুকচেল অসিগী লমল মচেৎ অমত্তং সিংজব ওইন হাউস অসিনম্ভু লাইরিক অ'সদগী কান্নকপ সেনফম অমত্ত থোইথোকহন্দন উজাগী থিজিন হৈম-জিনবগী লেপ্প, লৈতন চংনিক্লিব কুংলমচৎকিদমক হনব নাইত্রব খোঙজং অসিদ মতেং পাংথোকপগনি। হাথল ঈপরব ঈচে পাক মচা ঈবুংঙো ঈবেম্ম পুন্নমক কুলমচৎকি লখৈ ফাংনবদ মতেং পাংবিয়ু হায়ন থম্মোয় সেংন নিজরি।

খুন্দ্রাকপমচা সামু
কংলৈ পব্লিসিং হাউস, ইম্ফাল।
মেরা ২৬ নি পানব, থাংজ হুমিং,
লৈচেং ৫-১১-১৯৮৪ ইং, মণিয়া কুমসীং : ৩৩৮৫।

করি য়াওরি কন্নাইদা

## ১

# য়াহো করি

কংলৈপাক — মণিপূরগী য়ায়ৌদি য়েম্নিং হুন্নিব উপাল অমগ চেদ য়েকপ উপাল অমগগী য়ায়ৌঙম্বনি। লুরিবদি অসেংব উপালদি অসেংব মহৈ পাল্লি, অরেম্ব মসক লৈ, মসাগী লেংদব মপাল সাংলি। চেদ য়েকপ উপালদি সনাখোংনাং পাম্বীদ লিঙ্ক পালহনব য়াই, তাইবেন পাম্বী অম য়েক্লগ গিরিরাজ ওইন চরোং চরোং পালহনবস্থ য়াই, লাংথরৈ মতোম্দ বৃন্দাদেবী তুলসীগী মপাল সাহনবস্থ য়াই॥ য়েকসিল্লিব অহুন মীয়াম খোমহুন অকোনবগী অহুন অচুম্বনি মসাগী অসেংবহুবুন ওইদবনি হায়জিল্লক্রবদি মসান নখোয়গীহ্ন চেদ য়েকপ নংত্রা হায়রকপ তাবনি। মসিমক কংলৈপাক মণিপূরগী য়েংনরাদ লাকই॥

কংলৈপাক্ত কংলৈরোন পোকই, কংলা লৈ, কংলৈয়োল চোংই। কংলৈপাক্ত কংলৈচাসিংন পাল্লি, কংলৈলোল ভাংই, কংলৈ ঈয়েক ইগনি। মহাভারত পুরান্দ য়াওব, অর্জ্জুন সুপীসী রাথোক্তগী অরাকম তাহুন মরৈপাক্ত লৈব য়াদহুন খোরকপ খোংচংত অমুক তুথি কাল্লক্তুন চিত্রাঙ্গদ লৌরম্মী হায়রিব মণিপূর অহুনি হায়রহুন লমদম অসিবু অভোম্ব মচু অমন য়েকসিন-খিব ভারগন মীহোৱোন তোঙানব ভারে। হিন্দুগী পৌরাণিক

যুগকী মণিপুর অহুদ ভাংব লোলদি কংলৈলোলসি মথে। পৌরানিকী থুংই-চেঙলসিং অহুগী লাতমসিংন শিব রায়োলগী মতুং ইন্ন অর্ধাচা ক্রাইস্থপকী সূর্জ কৌব মচান্নপান পোকপ বুদ্ধদেবগী চাদান মণিপুর অহুদ সূর্জবংশ ওইখি। মাবক্তা মমুন পোকপ মপারী ইন্দুগী চাদান চন্দ্রবংশ সান্দোক্তুন মণিপুর অহুদ লৈ। অহুগুম্ব মণিপুর অহুদ চিত্রাকেতুগী চাদান গন্ধর্ব মাগৈ ওইন সান্দোকখি। পুম্নমকসিন লমদম অসিগী মপা মপু ওইব ভারবনি। সম্ন হায়রবদ লমদম অসিবু মহাভারতকী মণিপুর অহু ওইহনব মতাববদি য়েলহৌতুগী ঈবুধৌ পাখংব, মতাংনিংথৌ, ভাসাবা নিংথৌ, নিংথৌ কাংবা, মলিয়া ফম্বালচা, ককমু তোপ্লোংবা অসিমচিংবগী মীহৌয়োন করা মৈন হাই তাংন সমন লৈবক্তিব পুম্নমক লবগা মঙ্গগ মথী অমম্ব লৈনফম থোক্তুব রাহাম ওইব তাগনি। অমুম্ন অয়েকপা উ অমবু অসেংবনি হায়্যহনব্রবদি উ অহুদ পালহম্নিংব উইহে পালহনব য়াথ্র। মহুম্ন থৌ-ওইন রেক কম্ন মতৌরক্ষুবদি নাকোং অহু লেগাইনব নংগী অহু চেদ য়েকপনি হায়রকপ তাগনি।

হৌজিকস্তু কংলৈপাক অসি মহাভারতকী মণিপুর অহুনি হায়ন মীয়ামদস্তু থলহম্নব অমদি কংলৈচাসিং অসিগী মপানাং মপুনাং অসি অর্ধ্যসিংগী কৃষ্টী সংস্কৃতিদগী পোকথোরকপ চাওপোকনি হায়ন উহম্নব মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ চিংব লাইরিক লাইস্তু হৈব কয়ামরুম য়াওম্নিব মীরুপ কয়ান কম্ন হোৎনরি। "গ্লিমসেস অফ মণিপুরি লেংগুয়েজ, লিতরেচর এন্দ কলচর" হায়ব খৃস্তগী চহিরোন ১৯৭০ মুবদ কোংব পরিষদকী লাইরিক্ত য়াওম্নিব "এরিয়ানাইজেসন অফ মণিপুর"—কংলৈচাসিংবু অয্য ওম্নোকপা হায়ব তাংকক অহুদ ইরি—"Manipur has developed into a stronghold of

Aryan culture even before the establishment of Gupta Supremacv in India. After the Gupta Age Manipur had emerged as a Hindu Kingdom" মসিদ সাহিত্য পরিষদন মীৎমদ থলহল্লিংবা অসি-- ভারত গুপ্ত সাগৈন খুংকম্ন পাল্লম্বতুগী আঃ মমাংদগী মণিপুর অসি আর্য্যসিংগী কৃষ্টি সংস্কৃতিগী ফম্বাক অম ওইরকপনি, গুপ্তগী পাম্বোমগী চক অতুগী মতুংদগীদি মণিপুরসি হিন্দু-লৈপাক অমম্মক ওইরে- অসিনি। লাইরিক অসিদ পরিষদন 'মখোয়গী (কংলৈচাসিংগী) মপানাং মপুনাংতি অর্য্যসিংগা অসুম অসুম হকথেংনরকপদগী সাগৎচখিবনি" হায়নস্সু ইরি।

কংলৈচাসিংবু অর্য্য ওল্লোকপ হায়ব মতাংগী পরিষদকী মথক্কী লাইরিকসিন অমুকন্থ হায়। মণিপুরগ অর্য্যগী মরী মতাং অসিদি মহাভারততন অতুম খুদম পিজবনি। অর্জুনন মসা মতোংনত লোইথাজব (আদি পর্ব্ব, ১৭০) অমদি অর্জুন্ন অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতমদ চায়নব চৎপ মতাংসিংদ মরী অতু উংলি। অসুম্ন সংস্কৃতন মমালোল ওই হায়রিব মণিপুর অতু ঐখোয়গী অসিনি হায়তুন মণিপুরী সাহিত্য পরিষদম কম্ন সন্দোকলি।

হৌজিকফাওবদ লৈনরিব মীহৌয়োন ইবদ মসক নাইরব পুম্নমক মহাভারতকী মণিপুর অতু মমদম অসিনি হায়তুন লোইন সন্দোকই। স্কুল কলেজদ তম্লিব মহৈ-সংগী লাইরিকফাওবদ মহাভারতকী মণিপুর অতুনি হায়তুন তমহল্লি। য়াম্ন পন্নুরবম্ন কলেজদ তমহল্লিব "সতী খোংনাং" হায়ব ত্রি ইউনিভরসিটি কোয়সকী য়ারেং অতুদ সতী খোংনাংগী য়ারীগ মরী ইরৈ লৈনদন মহাভারতত য়াওব চিত্রাঙ্গদাবু কংলৈ-চমু সতীসিংগী

মহুৎদ অমনি হায়হুন ইসিল্লি। অঙাংসিংগী লাইরিক কয়ামরুমদসু, হৌরককম লাম লাম উহল্লনব মহাদেবন সেম্ব মণিপুর-বভ্রুবাহন্ন পানব মণিপুর অহু লমদম অসিনি হায়হুন তেম্নবুক্ত ইসিন্নুনে সন্দোক্লি।

কংলৈচা-ফুরুপ অসিগী মাহোরোন আসিবু অসি য়োন লংনরক্লবদি মসান মখা তারকপ ওনদ্রনব রায়েৎ অচৌব অম চংব তাবনি। ঈনাৎ-মনাৎ পুম্নমক তিম্নব য়াই, লাইনিং লম্বী পুম্নমক তিম্নব য়াই। ফুরুপ অমগী মীহোরোন হায়বসিদি থোকখ্রব মপা মপুগী রারীহুবুনি। অতোপ্পা ফুরুপ অমগী মীহোরোন অহু পুম্ন ফুক্তুন থাংলক্লগ মসি নখোয়গী নপা নপুসিংহুগী রারীনি হায়হুন ননথেক্লবদি কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্রোই। অহুম থৌওইন বৈষ্ণব ধর্ম্ম সন্দোক্লব হোৎনবদ কংলৈয়োন মাংহনব, পুয়া মাংহনব য়েক সলাই মাংহন্দুন গোত্র ওইহনব পুক য়াম ফত্তন, পুকচেল য়াম সেংদন হোৎনরক্লবদি ভসোম মরাল অহুগীদমক মাইথিব ফংহনবা তাবনি। রায়েৎ চংব তাবনি।

অসিগুম মপুক সেংদব মীহোরোন ইসিনবসিং অহুম কংলৈপাক অসিগী পুয়া কয়ামু অর্য্য লাগে ওইহনব সেমজিন সাজিন্দুন ইথোকখ্রে খণ্ডলকপদগী অর্য্যগী খুন্দারোন ইবদ মপা লৈতন ফাওরিব হিন্দুগী পণ্ডিত দা: এস, কে, চেত্তরজিন ইবব "কিরাত-জন কৃতি" দা অসেম্বসিং অহু মরা লৌব য়ারোই হায়খ্রে। মণিপুরদ ফংব পুয়াসিংদ কংলৈপাকী মীহোরোনগী ঈমরীবু বভ্রুবাহন্দগী হৌহুন ইসিল্লি। অসিগুম্ব হিন্দু পুরাণ-সিংদগী লৌহুন য়াম্ন সেমজিল্লবসিংসিদি থাজনিংঙাই ওইদ্রে হায়হুন মালেমসিদ মমিং লৈরব হিন্দুগী পণ্ডিত অসিন ভুংলমচৎকিদমক্ত ইহুন মীয়ামদ থংহনখ্রে (See, Kirat-Jana-Kriti, Dr. S.K. Chatterjee)।

অসিগুম্বা কংলৈপাক অসিগী মীরম্থ লাইনম্থ য়ায়রোইদব মীহৌরোনগী হাপু-হরাংসিং অসি ওঙাই ঙম্দন মনথোকপ তাবনি। মতম অচুম্দ মীহৌরোন অসিগী অসেংব সক্তম অচু উব য়াগনি।

## (i) য়ুম্লোন্নবসিংন মনিপুর কৌরমদব

য়েলহৌঙৌগী মতমদদি কংলৈপাক কৌব চৈং অমম্থুং তম অগ্নিন পুন্নগ ওইরিব লমদম অসিবু মনিপুর হায়ন য়ুমলোম্নব লৈপাকসিংন কৌরমদে। য়ুল এন্দ বরনেলন ইরম্ব "এ গ্লোসরি ওফ এংগ্লো-ইন্দিয়ান রার্দস" অমদি জেনেরেল বালফোরন ইরম্ব "দ সাইক্লোপেদিয়া ওফ ইন্দিয়া" অসিনাচিংব লাথুপসিংদ পিরম্ব কংলৈপাক অসিগী য়ারোলসিংদগীম্থ য়ুমলোম্নব লৈপাকসিংন লমদম অসিগী মমীং করি করি হায়ন খংনরম্বগে হায়বচু লায়ন খঙগান হেক য়ুমথংনরিব মম্নং লৈপাক মচাসিংন (হৌজক কছাড়ী হায়ন খংনরিব) কংলৈপাকপু মপ্নি কৌনরম্মী। য়ুমলোম্নব অহোমসিংত্থন মকেলি কৌই। লমদম অসিবু অম্নিব অসামিজদ মোগ্লান হায়ন খঙনৈ। সান ফুরুপ্পদি কংলৈপাকপু কসে কৌই। বর্মা মচাসিংনাদ কসেদগী থৈথরকপ কথে হায়ব মিং অসি ওইন লৈপাক অসিবু থোগ্নি। রেনেলস মেমোয়র এন্দ মেপস ওফ ইন্দিয়াদ লমদম অসিগী মমিং মেখক্লে হায়ন কৌই। সিমিজসিংগী নরেজিক অমম্থুং মতম অচুগী য়কথোক্লম্ব পাফলসিংদ (মেপসিংদ) লৈপাক অসিবু কসি কৌই।

মতাং অসিদ য়াহং অম লাক্তব য়ারোই। মহাভারতকী মতমদগী লমদম অসিবু মনিপুর হায়ন কৌরক্লবদি য়ুমলোম্নব

অমদি য়ুম্বথংনম্বিব লৈপাকসিংসিন করিগী খণ্ডনম্নদবনো ? মসা মসাগী খণ্ড্জনব মমিং অম থোনব ভারতম্ম রাষ্ট্রে রাজা খরদি নক্কুরম্ব হাওকম থোকই। মনিপুর—কসী মনিপুর—কসে মনিপুর মকেলী রাষ্ট্রেসিং অসি নকসিন্নব ওমদে। সিজিন্নম্নিব রাষ্ট্রেসিংসিগী মচেৎ কয়াদি কংলৈ হায়্রব মীং অসিগ নক্কুব উবিগনি : কংলৈ-কসে, কংলৈ—কসি, কংলৈ কথে, কংলৈ—কেলী, কংলৈ—মেককলী, —মেককলৈ, কংলৈ-গলী খোনগোদসিং অসিগী নক্কুব মরি মমি তাই।

মীতৈসিংনন্তু পোং ফুরুপ অসিবু পোং অহুম হায়্রিবসিনি। খাসি কাংলুপ্পুস্ত মীতৈন খাহী কোনবস্মী, খাসিসিংবু ওম্বগী বান্না ইব লাইরিকপু মাইব লোইসংন "খাহী—ওম্বা" হায়্রহুন থনম্বিব অসিনি। মম্ম হায়্রবদ মনিপুর হায়্রন লমদম অসিবু খণ্ডনরকপসিদি, য়ুমলোম্নবন খণ্ডবিন্নমদবত নত্তুন, এখোয়গী মন্নুংমক অসিদস্তু পংকুই কুইত্রি। খ্রিস্তগী চাহরোন ১৭৬৩ দ নিংথৌ গৌরস্যামগী লৈপাক-হাকথক্ত ইস্ত ইন্দিয়া কম্পানিদ ইব ঘোষন পত্র অতুদফাওবদ মেখলা দেশ হায়্রন পাম্লি (Goursyam's declaration [1763] ratifying the Anglo-Manipuri Treaty of 1762)।

লমদম অসিবু য়ুমলোম্নব অমত্তনস্তু য়েলহৌথৈদ মনিপুর কৌরমদব অসিগ লৈপাক অসিগী মন্নুংমক্তদস্তু মনিপুর হায়্রব রাষ্ট্রে অসি চংনরকপ গুরাংত ও ইব অসিগ য়েংলবদি হলেংদ মহাভারতকী মনিপুর অছুনি হায়্রননব হোৎনম্বিব কাংবুগী মথক্ত হেন্ন থিজিল্লবসিংন রায়েৎ চংলককম থোকপনি.

## (ii) থোই মন্তুমদ চৈন থিনব

মমাংদ মীহৌরোনগী রাথোক কয়া থোকখ্রে—পুন্না কয়া কংলা উত্তা মাংদ মৈ থাথিবগী, য়েক সলাইবু গোত্র ওহোকপগী

সনামহী লাইনিংগী কাংলোন য়ৈথাইরকপগী অমদি কংলৈ-ঈ-য়েক মাংহনখিবগী। ময়াম অসিন ময়াং কংছুন লেল্লরুব, মনাং ভাকচব ভমসিল্লকত্রব কংলৈচাসিং অসিবু হৌজিকফাওব হৌরককম মরু অহু কোইদংলগ মহাভারত হায়ব মীহৌয়োন ইব লাইরিকসু নংতব মহাকাব্য ওইন লৈজব অহুদ য়াওব মনিপুর হায়ব বাসুদেব নিংব লৈপাক অহুদ থোকপ থৌথোক মথৈ কংলৈপাকী য়ারীনি হায়ত্নন থামাইনব লেপ্তন হোংনরি। মসি তসেংন কংলৈপাককুম্ব মীপাল তাংদন মপানাং মপুনাং ভাকচরকপ লৈপাকতদি য়াংলেনগী মরু নংতোকে হায়ন সাগ্রেম-নরকপওবনি। খোই মহুমদ চৈন কোংন খিল্লবনি।

মীওইবসিংদি অচুম্ব ভাংলগত মপাঙ্গল কয়ি। অরানবন থুত্নম চনব মতমসু লৈ। অহবু মতু "অকনবন অচুম্ব সকই" হায়বা 'মাইৎ ইজ রাইৎ" কী মতম হেল্লব য়াকয়ি। হৌজিক্তি "অচুম্বন অকনব সকই-রাইৎ ইজ মাইৎ" হায়রগদবনি। পাণ্ডবগী তেলহৈব অর্জুন অদুসু নুপীগী কাদ লাল্লুবদগী চহি কয়া মীসৈপাক্ত হেনখি। খোই সংগী মরক্তগী পিকখ্রগ উনাখোই মহুমদ চৈন খিল্লুন কনান হেন্দব য়াওবগে। কংলৈপাকসিগী মীহৌয়োন অসিদসু "মহাদেবন সেম্ব মণিপুর ওল্লু" "মহাভারতকী মণিপুর ওল্লু" সান্তদাস মহন্তগী "অনন্ত শিলগী মণিপুর ওল্লু" হায়ত্নন মীহৌরোলগী মুকচৈন মক্কম চাউন চাউন তানব খিল্লবনিন হেন্দব য়াররোই।

অসুম্ন কংলৈপাক কৌব মমদমবু পারী পুরী খণ্ডনব আংলগী কাংলুদু মণিপুর হায়ন খোনজিল্লগ অমুক থৌ-ওইন সনখোকপ লাক্লরকপ অসিবু চিংউ থোংনাংথাব (খোংলৈথাব) মাইচৌন "ঈপাম মৈ হৌরে" হায়ন পাউরো তৌরম্মী

ঈপাম হায়বদি কংলৈচাসিংগী হৌফম লমদম অসিবুনি। মৈ হৌরে হায়বদি মমিংকাওব মণিপুর হায়ত্নন হৌরককম লেম-জিন্দুন মমিং ওহোকপ, য়েলহৌঙৈগী খুন্ডম কয়া মথং মথং মৃৎথংপ হৌরকপ অসিবু পাউরক্লো তৌরম্বনি। ওসিফলাওব টিংউ খোংনাংথাবগী চেকসিন-রা অসি কংলৈচাসিংগী মাকোংদ ওংছুন লৈরি :—

ঈপাম মৈ হৌরে
লাংচৌং মৈ চাকলে
হা ঈচু নিংথৌ লৈতবরা
থাম্বী মৈ কল্লো।

কংলৈপাকপু মণিপূর ওনখিব অসি চুম চম ওনখিব নত্তে। মীহৌরোন ইব পুয়া কয়া মৈ থাদোক্তুন মাংহনগ, মেক সলাইনু গোত্র ওহোক্লগ, সুকলৈ লৈরমদব তোঙানব মীহৌরোন অম চে মথক্তদ ইহুন চেজেংন সাব মীহৌরোন্দ চেজেংন সাব ঈপা ঈপু ময়াম অম পরেং লেংছুন চংনখ্রব অঙকপন থল্লব মীহৌরোন অমগী মাংলেন সন্ন ওইরিব মহাভারতকী মণিপূরনি। মতুমক্ক কাংব চক অসি মৈন চাকলে হায়ব খুডনব খোংনাংথাব মাইচৌন "লাংচিং মৈচাক্লে" হায়ন পাউরৌ তৌরম্মী। মাংহল্লিব ময়াম অসি পুংমাং মাংথিত্রিদৈন নিংলগ থোবগ মান্নব কংলৈচাসিং থোরক্তুন পাথাংকোক পুথাংকোকী হৌরক রারী কল্লরো হায়দুন তুংলমচংকী মহারোলসিংদ মপা মপুগী কায়হেনব মীহৌরোনবু সিন্নরম্মী। অত্তুবু "ঈচু নিংথৌ লৈতবরা থামবী মৈ কল্লো" হায়ত্নন অহন-পাউ চেন্নম্বনি।

তুং-মাং উব মাইচৌ অমন চেকসিন-রা খর হায়রম্ব হায়ব্নসি অচম নত্তে, রাহক্লোক্ক থল্লব লাইয়ানি। রাহৈলিংফিমরুম্ব এহাকপু রায়েৎ লাইরিক অসি ইহনখিবনি।

চৎনব্রব খুনাইগী ৱা ওইখ্রে হায়দুন অৱানব চুমথোকপদু মীহৌরোন ইবসিংন করিগী কিরি মো! ইংলিশ লোইনসিলোন্দ ৱিলিয়াম সেক্সপিয়ার খুমাব অসৈবনি। মালেমসিদ চুমদুনঙ লৈরগদব ৱাহৈসিং অসৈবসিন হায়খি—

Be just and fear not;
Let all the ends thou aimest at
be thy country's…………

চুমদ চুম্মু, কিনিঙাই করি লৈ। নংন তাল্লিব পুম্নমক নয়ৈ-পাক্কী ওইহল্লু।

মখুম সিদোকপ তঙ্খাই চল্লব মতমফাওব মাংগোলদ চাউদুন খুৎ পুল্লগ ভান-থোইদুন লৈথোক্লবদি য়ুম্মুরেল অদু হম্মুরব মপা মমাদুগ য়ুম্মুরেনবী অমম্ভং মচা মম্নুগ পুল্লগ লমহাংদ লৈব ভাবনি। মীহৌরোনগী য়ুমফম মাংখ্রবদবু পুনিংঙ মাইকৈদ পুকফত্তবসিংন পুরে ইদবগী মরম করি লৈ পুয়া মৈ থাদোক্লুন মীহৌরোন সেমজিনব হায়ব অম তৌখ্র-বনিন অমুক চুমথোকপ হায়ব অমগ চংগনি। চুমথোকপ অদুগী মরক্ত "অদুঙৈগী কংলৈপাক মনিপুর নত্তে" হায়ব ৱায়েলজে অসিমদি ইয়াও য়াওব ভাবনি। ৱায়েলজে অসিগী চৈদোম থেংলু থেংলবদ মীহৌরোনগী হাপু হারাং পুম্নমক কেল্লকনি, কংলৈপাক্কী মপানাৎ মপুনাৎ—লাইনিং লম্নী ময়েক পুম্নক্ক হাজিনখিব উন নুমসিং অদু লোইন মহী চেল্লকনি। থোই মহুমদ চৈন খিনখিগে খল্লম্বসিংদুসু থোইসিংন খঙ্খ্রবদবু কয়া কুইন সাংথব য়াগদগে।

### (iii) মীহৌরোন্দ নাতৈ হুল্লক্কব

ঈপা ঈপুগী ৱারীবু পুৱারী কৌই। অসেম্ব ৱারীদি সেমৱারী কৌব ভারে। সেমরারী ভাক্লব নুপা নুপী অদুদু

অমুম নাতে হুকলকুব ভাবনি। ঐখোয়গী মীহৌরোনগী চহি ২৫০ রোমগী মতম অসিদদি নাতে হুকব পোৎসেম য়ারী মরাং কায়ন থেংনবিগনি। মৈদিংগু মধুচন্দ্রগী সনা চাক্লুক্ত লুপ্লাং-জমচা প্রশুরামন কয় হোৎনহুন মহাভারতকী য়ারী মতেক "লাংগোই সগোল থাবা" হায়ব অম মীতে ময়েক্ত ইরম্মী। অহুদগী য়ারী মচেং অম লোরগ লমদমসিগী মীহৌরোন ইবসিংন লমদমসিদ অর্জুন লাক্লম্মী, অর্জুনগী মচা মনুন লমদমসিদ লৈবাক ভাক্লম্মা হায়হুন হেক সেম্মী। সন্তদাস খোংহুন সিম্লেপগী লাক্লন রামানন্দি লাইনিং সন্দোক্লব অসিব নোংন সেমগৎলব "মীয়াংতা সিংকক" কুপ মীতে ময়েক ইরম লাইরিকসিংদ লনামহিন সান্তদাস মহক্কব্ য়ামগী নাম স খোকনুরাক্ত হায়দুম আন্দ চংহুন কাওব থিনব ফুব তৌহুন নমহন কোৎথোব-লুবনি হায়রি। মীন লাকচরোই তৌবব ফুকচুপুহন মীয়ান লাইনিং পুহুন সন্দোক্তব য়াদহুন লাকখিবনি হায়রি (মীয়াংতা সিংকক নোংলোপ পুরাদম য়েংবিয়)

হিন্দুগী অর্থশাস্ত্রদ কৌতিল্যন মুগা ফিগী মতাংদ "শুভর্ণ-কুদ" কৌব লৈবাক অম পল্লি। লমদমসিগী মীহৌরোন ইব থরন কৌতিল্যগী শুভর্ণকুদপু কংলৈপাক অসিনি হায়ন সন্দোকই। কংলৈপাকী পারী পুরীগী য়ায়ীন মহাভারত পুরাণগী 'অমদি পর্ব' অমসুং "অশ্বমেধ পর্বদগী" নৈনখৎলি।

"কালিকা" কৌব ময়াী মখোং লৈতব পুরাণ (পুরানতব) অতদ মহাদেবন মণিপুর সেম্মী হায়দুন ইরিমচুম ঐখোয়গী মীহৌরোন অসেংবনি, কণ্ডিলমু হায়রি। ঈনিংথৌ গম্ভীরসিংগী মনা হাক্লক ইথোকখিব "ধরনি সংহিতা" হায়ব সংস্কৃতা ইব লাইরিকদুদ য়াওব য়ারীবুম কংলৈরোন

ইনর ভমকা খুদোপ য়াইওইব ওইন সিজিন্নরি। "স্কন্ধ" পুরানদ য়াওরিব—"মেথলী দেশ" হায়বসিন লমদম অসিনি, অহুগ স্কন্দগী বারীন লমদমসিগী ঈপা ঈপুগী বারীনি হায়রি। হিয়াংথাং লাইরেম্বু "কামখ্যা দেবী" কৌসিন্নিবসিন্থু স্কন্দ পুরাণ অমদি কালিকাগী বারীসিদগীনি। আনন্দ ভত্তন ইব "বল্লাল চরিত" কৌব লাইরিক মণিপূর হায়ব অম পল্লিহুবুম্থু মন্নী মখোং অমত্তু মেয়েন ওয়াংড মানং হোংখ্রিব লমদম অসিনি হায়রি। 'মণিপুর চক্রম', "আদি পূরাণ", "তন্ত্র গুরু" অসিনচিংব লমদম অসিগী মরমদ ইব লাইরিকসু নত্তব মন্নী লুকনে লৈমদবাসং অসিগী লাতমসিংদ পাল্লিব থাইন মণিপূর কৌরম্ব ভারতকী অতৈ মফমদ লৈব লমদম অহুবুম্থু চহি ৩০০ ফাঙ্খ্রিব ওয়াংত মণিপূর থোনখিব লমদম অসিনি হায়রি। কামুল পুরাণ অসিফাওব কংলৈরান ইবদ লৌখ'লি।

অম্বুম লমদমসিগী বারীসিংবু কান কান্দুন চংলগ চোই-খোমত্তন ম্বব সিংজু অম তোংতুন মীহৌরাম্নি হায়হুন লৈরিবাসবু ওইনাম বিজানন্দাওম্বদ হায়হনব তারবদি অত্তাব পুম্নমক নোকপন পুক্নি তিংগনি। মীহৌরোল (ইতিহাস) নৈনব হায়বসিদি নোক্নিব পাবপ হৌনদে, লৌসিং ফংগদবনি।

---

## 2

## মনিপূর মিংবু অহুম্মক থোনব

কংলৈপাক কৌব লমদম অসিবু "মণিপূর" হায়ন খোঙ্কপ অসি তোঙান তোঙানব বারী অহুম লৈ। মমিং অম খোনখিবগী

মাম্নদব রাম্নী অহম্নক থোক্ন সেম্ন'ম্নব অসিনম্ন রাম্নীসিং অসি য়েলহৌঙৈগী হৌমিম্নরকপ রাম্নীদি নংতে হায়বসি মসান তাকই। ঈবোহল কৌব মী অমগী মমিং অহুম লৈবদি মাই অহুগ "ঈবোহল" কৌব মিং অসিথক থোনখিবগী তোঙান তোঙানব রারী অহুম মরি লৈবদ হৌন্নদে। মচাম্নুপা অহুম্নি হায়ম্নহুন ঈবোহল কৌখি হায়বসি রার। অমথক্তনি। ঈবোহল কৌখিব অসি থৌথোক অমুক্তদ থোনবনি, ঈবোহল কৌবগী রাম্নী তোঙান তোঙাম্ন অহুম মরি লেব হৌনদে। মণিপুর হায়ব মমিং অসিম্ন চপ মাম্নব রাহৈসিগী রাম্নী মথল অহুম লৈকম থোক্তে। রারী অমন রারক্তহুন রাম্নী অমমুক সেমলুব, কোম্ন সেমলুব মণিপুর কৌনবগী রারীহুন অমুক য়ারক্তদ্ধুন অতোম্ন অমমুক সেম্নব হোংনরকপ—মাসদগী থোকপ ওইকম থোকই। হৌজিক য়েংলসি—মণিপুর মিংবু অহুম্নক থোনখিব। ঐথোম্নন উম্নগনি মনিপুর অহুম। [১] মহাদেবন লাক্তুন রাস লীলা সাম্নরব মেখলী দেশ, মহাদেবন ত্রিশূলন ঈসিং চিংথোক্লগ অনন্তন নিংথৌ ওইবদগী থোল্লকপ মণিপূর, [২] অর্জ্জুন্ন মুপী হক্তকী লোই থাবদ তুথি কাম্নক্তুন চিত্রাঙ্গদা লৌরম্ব বভ্রুবাহন্ন নিংথৌ ওইব মহাভারতকী মণিপুর অমম্নুং [৩] সান্তদাস মহন্তন ঈপুথৌ পাথংবগী চিরেন-চিরোংবু উবদ অনন্ত লিললনি মতোক্ত মণি য়াওবনি হায়হুন থোল্লম্ব মনি লৈব মফম মণিপুর।

## (i) মহাদেবগী মণিপুর

দক্ষপ্রজাপতিগী মচাম্নুপী সতীবু মহাদেবন লৌই। মচাম্নুপীবু দক্ষপ্রজাপতিন চাক্তৌবদ লাক্তবগী সাউহন রারকপদগী সিরে। সতীগী অসিব মসা অহু পুহুন মহাদেবন কোইচোং চোংহুন

চৎলে। মহুদ লাইসিংনে মাংব তারে হায়দুন সতীগী অসিব মসা অহু মকক ককথৎলি। ফনেক ( মেখলা ) য়াওরিব সতীগী খ্বাংগী অতৎপ সরুক অহু হিয়াংথাং চীংথক্ত তারে। সতীগী ফনেক অমনব অহুন কুপ্পব তাফম মফমবু মেখলা— ফনেক্কগী লোত্তুন মেখলা দেশ কৌরে। পারবতীন মসাবী মহাদেবদ রাস লীলা য়েংনিংই হায়বদগী রাস সান্নফম থিরকপদ সতীগী অমনব ফনেকন কুপখিব মেখলা দেশ নিংসিংলক্তুন ত্রিশূলন চীংনুংহুৎত ঈসিং চিংথোক্তুন লৈসেম্মী। কংলব মতমদ রাস লীলা শান্নে। আনন্ত লিলন রাস অহুদ মুংঙাই-মনখ্রহুন মতোক্তগী মণি পুংখাক্তুন চাইথি।

কাংলুপ অমন হায়রিবন অনন্তগী মতোক্তগী মণি চাইথি মহুদগী লৈপাক অসিগী মামং মণিপুর কৌথি। মতোপ্প কাংবু অমন হায়; মহাদেবগী রাস লীলা শোইরব মতমদ অনন্ত লিল অপিনা লৈপাক অসিগী ানংথৌ ওইরে মাগী কোন্নুংদ মণন লৈতেংই হায়দুন মণিপুর কৌথিবনি। কাংবু অনিমক্ত মহুগী রাস লীলা অহুদগী মীতৈ লাই হরাওবা লোকথিবান হায়দুন অমুক তাথরকই। মথংদি আর্য্যসিংগী রারীঙাক্ত ইখ্রে।

রায়েৎ চংব :— মথক্ত মীহৌরোন ইবাসংন পিরিব মহাদেবন লৈসেম্বগী মপু ওইব মণিপুর থোনখিবগী রারী অসি কনান কংলৈপাক্কী মাহোরোম্নি হায়রিবনো হায়বসি হংলবাদ মরী মথোং অমত্ত পিকম লৈতে। রারী অসিন মানমনখ্রহুন লমদমসি মণিগী মণিঙাক্তা ওাইরবোই নিংই। সতীগী খ্বাং তারকফাম্ম খঙ্গুন হিয়াং লাইরেম্মবু কামখ্যাদেবী কৌহনবফাওবদি রারীসিন কান্নথি। অহুবু মণিপুর থোল্লকপগী রারীসিদি তসেংন ওইদবমক্তনি।

(১) রারী অসিগী য়ুমফমদি "কালিকা" হায়ব লমদমসিগী মীন ইব নত্তব মীয়ান মরোলগী লাইরিক অহুদগী লোথোকপনি।

মরী মখোং লৈত্তব, লমদমসিগ মরী লৈনদব লাইরিক্কি। মতুন য়ুমফম ওইব য়াবোই।

(২) কংলৈপাক অসিগী লৈসেম্লকপগী য়ারী মরীকচুম লৈসেম্লোন অরীবা, পুতৌল, লৈথক লৈখালোন অসিনচিংব পুম্নাসিংন ইথুন লৈজে। লমদমসিগী অসেংব লৈসেমলোন অহুগ মরী অমত্ত থাংনদব য়ারীদি তসেংন সেমজিল্লকপ য়ারী নত্তন করিমত্ত ওইফম লৈতে।

(৩) রাস লীলাগী অহানব হৌদোক্লব লমদমসিগী নিংথৌদি ওরাং নহাক্ত ঙাইরিবা নংথৌ ঈবুংঙো চিংথংখোম্বনি। বৈষ্ণব লাইনিং লৌরব মতুংদগী লমদমসিদ রাস লীলাবু থগুনরকপনি। য়ুমফম য়াওদন লাই হরাওববু রাস লীলাহুদগী থোকপবানি হায়রবসি তসেংন নাতৈ ছুক্কে। ওইহন্দব য়াদে হায়ছন মপুক লেংদব থরন সেম্লকপ য়ারীনি।

(৪) মণিপুর রাহৈ অসি লমদম অসিদ পাম্হৈব নিংথৌগী মমাংদদি লুকলৈ লৈরমদে, য়ারীম্ভ লৈরমদে। বৈষ্ণব লাইনিং চংলব মতুংদ মরুওইন অঙাংসিংগী তম্নব লাইরিকাসংদ অচুম্ব ওইরবোই নিংহম্নব সন্দোকপ ওইন তৌই।

য়াম্ন নৈনরুত্রবম্ভ মরমসিং অসিন হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপদগী পোৎহাপ ওইন তোপসিল্লকপ নত্তুন অতৈ করিম্ভ নত্তে হায়রবসিদ অমুক হন্না সেম্লিব মাওইসিংন ঙাক্লো পিফম লৈতে। মসি তসেংন সেম্লবনি মীহৌরোন নত্তে।

## (ii) রামান্দি মতমগী মণিপুর

### ( মণিপুর য়াহৈন অহানব চংব )

মলিয়া ফম্বালচাগী চহিরোন ৩১১৪ মুব, খ্রিস্তগী চাহিরোল ১৭১৭, মেরাগী ৫ নি পানব ইরাই মুমিত্ত গরিবনিবাজ নিংথৌন

গোপালদাসত গুরু ওইদুনা লাইমিং লোরে। শিরেন্দ্রগী সান্ত-দাস মহন্তনা মনাই ভগবানদাস অমসুং নরানদাস পুন্নুন লাক্লে, নিংথৌগী গুরুকোক হাপ্লে। চৈথারোল কুম্বাবন হায়, (খ্রিঃ ১৭২৩ গী) লাংবন থাদ উমংলাই ৯ গী লাইসংসু লম্বাবী অনীমক্কী লাইসংসু থৃভম থূগাইরসি হায়দুনা থূথোক্লে। (খ্রিঃ ১৭২৬ কী) ই ঙাপ থাগী ১০ নি পানব নিংথৌকাব সুমিত্ত লাইনিংথৌ সনা-মহী, পানথোইবী, লাইরাহাইবা, লম্বাবী ২, সনাইলেল সিদব, হুইদোল পোকপী হায়রিব ঈপা ঈপুগী লাই ৭ অসি থুডম লোইন থূগাইরে।

অসুক বায় হোংনদুনা রামান্দি লাইনিংবু নম মখদুনা কংলৈচাসিংন সন্দোকপদ সান্তদাস মহন্ত অমদি নিংথৌ পামহৈব ফছু ভুমিন্নরে। কংলৈচাসিংগী থম্মোয়দদি মমি তাব ওমন্দ্রে।

কংলালান (মীতৈলোন) লোনব কংলৈচাসিংদ রামগী নাম সোলহনব রামায়নবু কংতক্ক চিনফা পুহনবসি থর রারে। সান্তাদাস মিপাইরে। সংস্কৃত লোন্দব মীদ রামায়ণগী শ্লোক ময়াম অডু রাংহল্লোক অমত থোকপ ওমদ্রে। পামহৈব নিংথৌবুদি "গরিবনিবাজ" হায়ব মিং অম ওল্লোকপদ মায় পাক্লে। অতৈবুদি গোপ সাংলৌ অসুক তৌব ভারে। সান্ত-দাসকি রামান্দি লাইনিং লৈপ কসিদ মকোক মমৈ য়ুংন তারে। মহৈগী লালদসু লৌরেম্ব পোংনাংথাবগুম্ব, সমুরো চিগোংগুম্ব মাইচৌসিংদগী মমাংদদি সান্তদাসতি তুমিং কাংগুমদ্রে।

সান্তদাসকী মীচং তোমচং ওহরিংবাদি মীয়ামলোনদ মমিং থোনগ্রব গরিবনিবাজ নিংথৌত শুভাইরে ফমজাও পাম্ব চেলা থর কাব তারে। সান্তদাস কংলৈ পুল্লাবু কিরে। পুল্লাসিং-সিগী লীখুল খণ্ডবসিংদি রামায়ণগুম্ব রাসাংদি মনাদ হাল্লিনব

মী লৈয়রোই উরে। ময়াং তাৎ মথি ফোংলক্লে। পুন্না মৈ থাব তারে। মীতৈ পুগ্নাসিংতুগী মোংকমদ গুরুকোক গোসাইগী রাম ন্দি ধর্ম্ম থাব তারে। চেলা ময়াম থাদোকু্ন পুন্না খোমগ্রে। কংলা উতামাংদ পৈতুন মৈ থারে। নপা নপুগী য়ারী মাংহনবিগে লোইন খোম্লকউ হায়বসিদ কংলৈচা ময়াম অহুন মাম্নতুন অরোনব লম্বীদ পয়া ময়াম অম লোংহৌরে হায়্নসি তোল্লব জীব সান্তদাস অসিন থঙখি। মতুগী খোইদৌ সাউগৎপ অহুনে লুর লুরব পুয়া ময়াম মৈ থারুবগী লংজবনে — অন্নি অসিন তোল্লব জীব অসি মসাদ লাইথুং মরাং মরাংন পল্লে। ঈপুথৌ পাখংবগী ময়েক পল্লে। মীন সোরুনিংজবত্তব লাইথুং পল্লব জীব অসিন লাই গুইরব মাইচৌ খোংনাংথাব নত্তন কনবিনব লৈত্রে থঙতুন চিংউ মাইচৌ অসিগী মখোং কোল্লুরে কনবিয়ু হায়জরুরে। লানজুরে হায়তুন তুররব মীদ থুৎ থাবগী চৎনবী লৈরক্তব কংলৈপাক্কী মাইচৌ খোংনাংথাবন পুরুকসোবী ঈকোন্দ লুপ্ন, তাকপিখি। পুরুকসোবী ঈকোনগী ঈয়োম্নুংদগী ঈপুথৌ পাখংবন চীরেল চীরোং থাংগৎতুন ময়াং মচা অসি য়োংকদোরে। পাখংতুন থরাই মচা অহু খোংনাং-থাবদ অমুক চেল্লকুন তুররে। খোংনাং থাবন মীপাংদ অসি কন্দি কনবিরগে। খন্দুন "ঈপাুথৌ মাইচৌ খোংনাংথাবন লুপথবিরো হাইরকই" হায়রুচো অহুগ লুপচো তাকপিরে। রাহৈ অসি হায়তুন সান্তদাস কৌব জীব অসি চেল্লাক চেন-ফোইদ উচিন নাচিম্ন লুপংহৌরে। পুরুকসোবী তুবী য়াথোককম অসিদ ঈরুপচবদগী লাইথুং কোকলে।

অহুবু সান্তদাসতি সান্তদাসনি। পামহৈব নিংথৌন মহাকী মিচংদ কন্ন তোংখিতুন মাগী নাপল অমুক কালক্লে। ভুংলমচত্ত

মপানাং মপূনাং মুংসিব কংলৈচাসিংগী খুজাই চাদুন খুজাইরোক্ত মপুন্সি লোইগদৌরি হায়বদি উব ওমদবনিন সান্তদাস মহন্ত তাংথৌবদ তাংনোংপ হৌরক্লে। পুরুকসৌবী ঈকোন্ন্রদগী কাও-গৎলকপ নুপাগী চীরেন সনগী চীরেন ইংতেংব ঈপুথৌ পাখংবগী মক্তম অহুবু সান্তদাসন হিন্দুসিংগী য়ারীদ য়াওব অনন্ত কৌব মীল অহুনি হায়হুন অমুক হায়গংলক্লে। অনন্ত লিলদি মতোক্ত মণি য়াম্বনি। অহুনদি লৈপাক অ'স মণি লৈব লমদম ওইরে মণিন লৈব লম— "মণিপুর" হায়না সান্তদাসন থোনখ্রে।

সনামহী লাইকল পুয়ান হায় — পামহৈবন অহুদি "মণিপুর" কৌবসিগী মরম মীন কুপ্ল হংজিনক্লবদি করি খুমগনি হায়রবদ সান্তদাসন মহাভারত পুরাণ য়াওব অর্জুনন চৎলিব হায়নারিব মণিপুর অহুনি হায়হুন খুমগনকনি হায়হুন ইহান হানব ওইন সেমজিনদি। মণিন মণিপুর য়াহৈ অসিগী ইহান হানব সেমজিন য়ারীনি। মতমদি খ্রিস্তগী ১৮ স্থব সেন-চুরিগী অহানব তংখাইগী মমুংনি।

## (iii) বৈষ্ণববিজম চৎলকউগী মণিপুর
### ( মহাভারতকী মণিপুরদ কনখৎলকপ )

কংলৈরোন মুংখিনবগী লৈথিংগাই জগোই কয়া কমলাক চাকপমথৈ সান্তদাস মহন্ত অমদি মাগী চেলাসিংন সাখিবগী য়ারীসিং মীয়াংতা সিংকক, মীয়াং লালৈ লাথুপ, মায়াংতা সিংকক নোংলোন, সনামহী লাইকল অমদি চৈথারোল কুমবাবা অসিনচিংব পুয়া কয়াদ ইরি। পাখংববু অনন্তনি হায়হুন অনন্তগী মণিদগী মণিপুর থোনব, অমুক য়ারক্তহুন

গম্ভীরসিং নিংথৌগী সর্নাইখক্ত সংস্কৃত লোনদ ধরনি সংহিতা হুখি। শ্রীমত ভগবত পুস্ত গীতে ময়েক ইথোকপ হৌরকখি। বেঙ্গলী ময়েক চৈতৈন্য চরিতামৃত নচিংব লাইরিক কথানু লোনফম ইকায় কাংদন ইথোকপ হৌখি।

নৌন ইথোকপ চৈথরোল কম্বাব লইরিক্ত চিত্রাঙ্গদাবু অর্জুন লৌতুন বভ্রুবাহন পোকপ বভ্রুবাহন নিংথৌ ওইরব মতমদ মহেন্দ্র নগর কৌরম্বদগী লমদম অসিব মণিপুর হায়ন কৌখি হায়তুন ইসিনব হৌরকখি।

মসিগী মতুং ভারকপদগী বৈষ্ণব লাইনিং চৎপ মীওই কয়ান মীহৌরোল (ইতিহাস) ইবদ মহাভারতকা মণিপুর অমত মফম অসিনি হায়তুন রারী ফসি হাংচিন্দু কয় সন্দোকখি। সন্দোরকপসিংগী মরুদ পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু সর্মাগী "মণিপুর ইতিহাস" "মণিপুর পুরাবৃত্তম" "মৈতৈ চৈনহৌবোল" নচিংব লাইরিকসিংদ অকনব ভাক্রী পংকই। রা হংবম যুমজাও, গবেষণ শিরোমণিগী "এন অরলী হিস্তরী ওফ মণিপুর" নচিংব লাইরিকসিংদ মহাভারতকা মণিপুরান হায়তুন অকনব মৈনরোল অম থোমজল্লকখি। ব্রহ্মসভা মা থংলিংজুন মণিপুরগী রারী অসি চংহল্লকখি। মণিপুর সাহিত্য পরিষদকী মীওই কয়ানসু মহাভারতকা মণিপুর অসি লমদম অসিনি হায়না কয় সন্দোক্লকই। হিজম ৰীজয়গী "মৈত্রবাকী রারী", কুঞ্জম ঝুলোনগী "বীজয় পঞ্চালী". নন্দলাল সর্মাগী "মৈত্রবাক". এন. তোম্বী এম, সি, গী "মণিপুর এ ভূমি" অসিনচিংব লাইরিকসিং ইদুন লমদম অসি মহাভারতত য়াওব মণিপুর অমত্তনি হায়দুনা মৈনরোল কয়া চাইথোরকখি। অতাং-সিংগী তরব লাইরিকসিংদ অইব মচা মচাসিংনসু চিনফা

ওইন মেখলী-দেশ, বভ্রুবাহনগী লৈপাক মণিপুর হায়রবসি ৱারী ই-ইদুন মহৈ ওমকমসংসিংন থাজিল্লকখি। কলাচাঁদ শাস্ত্রীনচিংব মহাভারত হন্দোকপ অথঙ অহৈসিংনসু "মহা-ভারতকী অসেংব মণিপুর" হায়ব প্রবন্ধ ইদুন লমদম অসি মহাভারতকী মনিপুরন হায়ন নৈনব কয়া মীংচৌবোল ইবদ সরুক য়চোব অম ওইরকখি।

---

# ৩

# অর্জ্জুনগী লালগী পোংহাপ ৱারীসিং

কংলৈপাক কৌব কংলৈরোনগী পোরুকম অসিগ ইচা চানসিনব ওমদবদগী লমদম অসিদ মণিপুর হায়ব মিং অসি থাংথাং অহুল্লক মিংথোল পিরে। অকোনবগী অর্জ্জুন য়োয়রুপ্পী হায়রবসিমদি বৈষ্ণব লাইনিং চংচব মহাভারত তাননব চহি খুদিগী সেল চাউন চাউন থাধনব 'বষ্ণব বৈষ্ণবীসিং অহুদদি মপুকত হর'ওব পোক্নুন ওইদ ওইহ'ম্লংঙহপ অম লাক্লে। তাংকক অসি নানথোকাখিব ম'দে। অর্জ্জুনগী লাল সোরুকম মকমসিংকুদ সেমদব য়াগ্র হায়দু- মহাভারতত য়াওদব লালগী পোংহাপত ৱারী-লম্মীংলোন পরেং অম সেম্লকপ হৌখি।

অর্জ্জুনগী লালগী ৱারী: অশ্বমেধ যজ্ঞগী সগোল থাদুন পাণ্ডব মপারসিংগী পাম্বোমগী মতিক উৎলক্লে অর্জ্জুন সগোলগী মতুং ইল্লি। সগোল হেক কাব মুপা, মুপী অহু অর্জ্জুনগ লাল থেংনৈ। অদুম লাকপান মণিপুর ৱৌরে বভ্রুবাহন অকনব

নিংথৌ মনাক্তগী সিদ য়াই লৌরুনও থারে। অর্জুন হিংখিব তারে হায়দুন সিল মযাম অর্জুনগী অকৎপ কোক অহু লোৎসিনখ্রে। সিদ-হিদাক পোরক্লবদ ময়াম অর্জুনগী মকোক অহু থিনরক্লে। সিলসিংন চেন্দুনে পুব এৎকোক অহু উবদ ময়াম' উরে কোক উরে কোক" হায়দুন লাওখি হায়দুন কোক উব মফমদুবু উরে কোক-তগী=উরিপোক হায়দুন খোনখি। (সরাংথেম বরমনিন ইব "লম্মীৎলোন' দস্থ য়াওরি)।

মসিমন্থু বেদ ব্যাসখোয় কাশিরামদাস, গঙ্গাদাস সেনখোয়ন খণ্ডখিদবনি. মখোয়দগী হেন্না পংখও খণ্ডবসিংন ইবম্বনি হায়রি।

রাহেৎ চংব: রারীসিং অসি মরক্ত পংলেম সেমজিনকপ ওাক্তনি। লমদমসি মহাভারতক। মণিপুর অহুনি হায়বত্তনখি লৌগনি খণ্ডদুন অর্জুনগী লালগ মরা লৈনন হায় লৈজরম্ব লম লমগী মমিং-সিংদ মতা চারব য়েং য়েংদুন রারী সেমখিব ওাক্তনি। লমসিং অসিগী হৌরকপ, থোনখিবগী রারী লোইন লৈজব ওাক্তনি।

(i) সগোলবন্দ হায়বসি সাকোলপল হায়বনি। কংলাগী সা অসিবু ঈঙ্কাল মেন্নাসিপালিতি য়াৎপগী মওংদ পল্লি কয়া কোয়ন খাগৎলম্মী অস্রম্ম কংলা সা অসিবু কোনসিন্দুন থে মম্ব পল্লিনি হায়দুন হৌজিকফাওব রাংখৎতুন লৈরিব পল্লি পরেং অসিবু সাকোন+পল=সগোলপন কৌবনি। অতৈ পল্লিসিংদি থাং-মৈপল, খাকেম-পল্লি, অয়াংপল্লি অসিনি। মুংচুপকী পল্লিবু সাকোনপল, অরাংদ থানব পল্লিবু থাংমৈপল, নোংপোকত থোনব পল্লিবুন অয়াংপল্লি, খাদ থোনব পনবুন খাকেমপল্লি হায়দুন কৌই। পল্লিসিং অসি থোরম্ব নিংথৌসিংঅহুগী মতুং ইন্না লিয়র মমিংনি।

হৌজিক লৈরিব ইম্ফাল মেন্ন্যাসিপালিতিগী লম অসি থাইন য়াংলম্লিব কংলা সান ময়ায় লৌরগ থোল্লম্লিন পল্লিংলিং অসিগী মওংদ মতৌদ অতুন্নক লৌরবসিনি। মাসদগী পংহেন হেন্না পাকথোকখ্রে। অসিগুম্ব চাওখংলেন অমগী মমি ওই কংলাসাবু বোনাসিন্দুন থোনব পল্লিনি হায়দুনা সাকোনব+পল সাকোপল কৌ বু মহাভ রতকী ব্যাসদেবদ খণ্ডংখত্রব পোংতপ অম সেমদুনা অর্জুনগী সগোল পুনফম ওইংনবদি কংলা সাগী মমিং মুৎত্রিবমথে থর পোংথাখিব তাবনি।

(ii) লাংচীং অচৌব হায়ব্রিব চীং অসিবু অর্জুনগী লাল সোক্লফম্লি হায়দুন থোল্লবানি হায়বাসম্নু সাকোলপলন সগোল পূনফম নত্রবনিন ফন য়াম্ন লাপথোক্লখ্রে হায়ন খাল্ল। কংলৈচাসং সিরগ চৎনব লম্বীদ মিংসেনথোং লাল্লগ মকোই নুং ওন চীং, য়াবন ফে লাউব ফম্মাও চীং, খুনুন মিৎম্না তাম্ব ল্লুক চীং সাবী ১০০ সিরগ সানৌ ১০০ ঙাইনচীং সানৌ ১০০ সিরগ সাবী ১০০ না ঙাইনচীং হায়রিব মংথুম-লম্বী অসি য়োবদ লাল্লিব থরাইগী লম্বানি হায়দুন চীং অসিবু লাম্নচীং হায়ন কৌরখনি। লাংঙোলকপসিংগী লাংঙোল লোইসিনবদ চৎন-লম্বী ওই হায়দুন লাংঙোল-চীং—লাংচীং হায়নম্নু খঙনৈ। হান্ন লাই-রোলদ লৈজরম্ব য়ারী আস লৈবন মরক্ত সেম্ন ক্লব অর্জুনগী য়ারাসি চম্নরোহ।

(iii) অর্জুনগী লালদ তেংগোল হতাক তাক্লে হায়বগী তাকয়েন পাং কৌবানি হায়বাসম্নু লাংচীং আস লাপথোকখ্রবনিন খর অমুক হেন্ন লাপখ্রে। তাকয়েন পাং কোল্লিবী লাইরেম্বী অসি হৌজিকফাওবদ তাকয়েন পুক্ল নত্রগ পুক্লানবা কৌই। মৌতংঙ হোংনেময়োই খুনজাওন মপুক কংবী মুপী

মিকৌরোলদ, মহু কমবোং ত্তেংথারোলদ মুমিং থোরকপবু "মুমিৎ পাৎলব" কৌই। মুমিং পাৎলবকাওবদ ভাইববু লাকখিদে মৈতিংগুগী রাসক লোইরে হায়তুম ত্তেংথারক্লে। মুমিৎ পাৎলবকাওব অহিং মোংলোইব ভাইববু লোইয়ে হায়বগী পাৎলবকাওব+লোই হায়বদগী পাৎলোই হায়ন খঙনখি। লৌজিককাওবদ সংতিংঙানবা লাপা নাকুম কাংবা লৈমগী মিৎসেং খাংন ঙাইরবগী মফম লৈরি।

রাগী রাতাওরোন (লোজিক শান্দুন য়েংলবসু উগনি। অর্জুনগী ত্তেংগোলগী তাককম লোইসিনফমদি তাকয়েন পাৎতনি হায়রি। অদু ওইরবদি রা অসিগী রাতাও মতুংইন্না অর্জুনগী মকোক চককম অসি তাকয়েন্দ ওইকম থোকই, পাৎলোইদি তাকয়েন্দগী য়ায় লাপ্নি।

(খ) মথক্কী মরম ময়াম অসিন অর্জুনগী লালগী মফম অদু লমদমসি নৎত্রবনিন অর্জুনগী মকোক উরেদগী উরেকোক—উরীপোক কৌখিবনি হায়বসিসু অচুম্বক মতোমতে মাংজখ্রে। রাহৌরোল্ল থুগাইহুন য়েংলবসু উরীপোক=উরী+পোকপ মকমগী রাহল্লোক কংগনি। কোক উব তায়বসু "কোক উরে" হায়গনি, "চারে চাক" হায়নদে, 'থক্লে ঈসিং" হায়নদে।

পুয়মক্কী মথক্ত উরীপোক্কী হৌরক রারী, কৌরক-রারী লৈজে। লাইখুরেম্বীগী খুন্তমসিদ ঈসিং কামথোকপ উরীগী পান্দোংসিং হৌরম্মী। ঈসিং থোকপ উরী পোকই হায়দুনা লাইরেম্বীগী উকোন্দগী মমিং লৌহুন উরী+পোকই হায়বগী উরীপোক কৌখিবনি।

মী:হৌরোন ইগে হায়রবদি য়েনহো রারীদ য়েংগদবনি। চাকতি চাক-চফুদগী কোৎলগ চাগনি অথাপ্পদ লামলুরগ থুংত

মাওরকপ মুংসিং অমু চারগ পুক থনব য়াদে। অনিশুম পোৎছাপ য়ারীসিং অসিগ কোইনন কংলৈপাকু মহাভারতকী মণিপুরন মথা তাগে হায়ন তারবদ সংস্কৃদাসকী হাতক্ক মমা অমু থমগনি। মর সাংদব মন অংদি আসেংব মীহৈ়োয়ান নম্বরকপদ মরু ফুরুন তোইথিনে। য়েংবিয় মসান তাঙজব য়ায়েলসিং মথং মথং।

---

# ৪

## অর্জুনগী খোংচংগী লীব

### (কংলৈপাক অর্জুন লাক থদে তাকপ)

### (i) মণিপূরদ চৎখিবগী মোবসিং

মহাভারত কৌব হিন্দুগী পুরাণ অসিদ অর্জুনগী খোজুল লীত্রগদবনি। ঐথাখন লম্বেল থৈব ওইথোকে। নোংম নারদ মুণিগী য়াথ্রেল থুগাইদুনা অর্জুনন ময়াম্ব যুধিষ্ঠিরগ দ্রৌপদীগ অহিং অথেংবদ নৈমিত্রিউদ চংলুবদগী মাংলমচৎত য়াসম্রখিন মথং ইন অর্জুনন চহি ১২ মরৈপাক থাদোক্লুন চৎপ লোই থাব তাখি। অর্জুনন বেদগী কাংলোন থগুব ব্রাহ্মণ অমম্ভুং তেংবাংব মীওই কয়াগ লোইনদুনা তীর্থ কোইব চৌখি।

হরিদ্বারদ অর্জুনন থুমাদুনা গঙ্গাদা উলুপী খেংনদুনা উলুপীবু লোয়নবী নুপী ওইনা লৌরে। মরক্ত লাইফম কয়া চৎলগ নোংপোক অমকই। উৎপলিনী তুরেন, নৈমিষারণ্য, নন্দা,

অপরনন্দ. কৌসিকী, মহানদি, গয়া, গঙ্গা, মসিং মথং থোরকই। অসুম অর্জুন লোই থাবগী খোঙচং লাকপসিদ অঙ্গ (বিহার), বঙ্গ (বেঙ্গল) অমসুং কলিঙ্গ (মৌজুদা ওরিষা) হায়রিব লমদম-সিংসিগী লাইকমসিং চংলকই। মাফমগী মতৌ ওইনব মহাভারত পুরানগী শ্লোক অম পনসি য়াই। শ্লোক অসিন মরম ওইদুনা অর্জুন কলিঙ্গ লৈপাকতা মরাই ওনসিন্দুনা চংসিনখি। মদুদি:—

"অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গেষু যানি তীর্থানি কানিচিৎ।

জগাম তানি সর্বানি পুণ্যায়তনানিচ।

দৃষ্ট্বা বিধিবৎ তানি ধনঞ্চাপি দদৌতত:॥" [১]

মাহৈশ্লোক (অর্থ) "অঙ্গ বঙ্গ কলিঙ্গনচিংব থিবিক্ত লৈরবা লাইকম কয়া অমসুং পুন্য চেনব মফম কয়াদু অর্জুন চৎলি, য়েংই. হোনবা মতুং থম লনথুম দান তৌরমী।" অদুনদি অর্জুনন অঙ্গদেশ (বীহার) লাহোক্লুন বঙ্গদেশ (বেঙ্গল) য়ৌরকই। বঙ্গদেশকী নোংচুপলোমদ লাকুন কলিঙ্গ (ওরিষা) য়ৌরকনি। বেঙ্গলগী নোংপোকলোমদ লামথিব নত্তে। বেঙ্গলগী নোংপোকলোমদ অসাম, ত্রিপুরানচিংব লৈপাক লৈরে। মদুগী নোংপোক অমুক নাগালেন্দনচিংব লৈরে। লৈশ্রিব পুম্নমক্কগী খুাইদগী নোংপোক থংন কংলৈপাক অসি লৈ। শ্লোক অসি-ফাওবদ অর্জুন কংলৈপাক অসিদগী অসুন অসুম লাপথোকখ্রি।

অর্জুন কলিঙ্গ (ওরিষা) য়ৌসিল্লকপদ চীং কয়া উরকপদ লোইনরিব ব্রহ্মনসিংদ লৈহৌরে, ময়ুমদ হুনখ্রে। মতাং অসি-ফাওবদ থগুব য়াবসি ব্রহ্মনসিংদুন ইম্ফাল তাম হনজখিবদ নত্রাগ হস্তিনাপুর য়ৌজখিবদ অরাবব লম্ব ওইরি। মসিমক্কুম

[১] মহাভারত, আদি পর্ব্ব।

ওহোয় তায় লৈখ্রব চীং তুরেল মরাম মসীং খণ্ডদন লান্দব য়াররোইদব লম্বী লম্যাংনগদব কংলৈপাক অসিদগীদি য়াম্ন থাপ্লি। মথং লম্বাবু অমুক মখাগী শ্লোকন পিরকই :—

"স কলিঙ্গানতিক্রম্য দেশানায়তনানি চ।

হর্ম্যাতিরম্যানি প্রক্রমানো যযৌপ্রভু।।" [২]

মাহম্মোক (অর্থ) "অর্জ্জুনন পূন্য চেনব লম কয়া নিংথিব ফুরা কয়া য়েং-য়েংদুন কলিঙ্গবু লানথংতুনা চৎলি।" শ্লোক অসিদ 'য়েং-য়েংদুন চৎথি" হায়বসিদ কলাচাঁদ সিংহ শাস্ত্রীন "য়েং য়েংদুন নো পোক পাংন অদুম চৎথৎথি" হায়দুনা হল্লি। লোংপোক হায়ব মাহে অদিগী শাস্ত্রীন অমুক হাপচিল্লিবসি কলৈপাকলোমদ থর মকন্দিমকপগী মওংনি। কলিঙ্গবু 'কাললমলগ' হায়নসু মকচং চংলমদবগী মাহোক অমসু শাস্ত্রীন হল্লি। [৩] অহবু হেক য়োব য়াখিরোই। অর্জ্জুন চৎপ লেপত্রি। কলিঙ্গ (ওরিষা) অসিদু থাদোকপসু তৌত্রি। মহাভারত পুরাণগী শ্লোকন অমুকসু মখা তাম্নকই :—

মহেন্দ্রপর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপশোভিতম।

সমুদ্রতীরেণ শনৈঃ মণিপূরং জগামহ।। [৪]

মাহম্মোক (অর্থ)—"লাইনিংবসিংন মথক্ত লৈদুন নিংথিজরব মহেন্দ্র চীংবু (অর্জ্জুনন) উরে। অদুদগী সমুদ্র মপানসোমদ লাক্তুন অসুম মণিপুরদ থংথি।" তৌভিক অর্জ্জুনগী

[২] মহাভারত, আদি পর্ব্ব (ব্যাসদেবগী)।

[৩] মহাভারতকী অসেংব মণিপুর, লৈকোল, ১৯৬৭ : কলাচাঁদ সিংহ শাস্ত্রী (য়েংননব)।।

[৪] মহাভারত, আদি পর্ব্ব : বেদব্যাস।।

লম্বী তসেং তসেংলে। মহেন্দ্র চীঙকী মরম ওইদুনা মণিপুর তাকদৌরি।। খা ভারতলোমদ চীংমৈ হুইংঙ্গিব সমুদ্র মপান্দ সাংনা লৈগ্রিব মহেন্দ্র চীংসাং অসি অর্জুনন উরগ সমুদ্র মপাম মরম ওইদুনা মণিপুর হায়রিব মফম অসিদ চংহিবনি।। মহেন্দ্র পর্ব্বততি খা থুংব ভারতলোমদ হাইথরিব চীংসাংনিম মহাকপু উরিব অর্জুন অসি য়ামজ্রবদ নোংপোক ভারতলোমদ'দ ওইফম শুকথোক থোক্কে।

সমুদ্র মপানগী লম্বীদ চংলে হায়রিব শ্লোক অসিগী লেংজ্রব রাফম অসিনসু সমুদ্র মপান্দ হেক চকাৎলকপা তারিব কলিঙ্গ হায়না মহাভারতক' মতমদ খঙনরম্ব লৌভিক ওরিষা হায়না খঙনরিব লমদম অসিগী মমুংদ অদুম ওইরবনি। সমুদ্র খোংবান্দগী লৈমাক কয়ান মরক থগ্নগ চীংলোন ময়া লাক্লগ নোংপোক ইথং থংনা ভারতকী অনৌব পাকলসিংদ (মেক্সু) লৈগ্রব কংলৈপাক অসিদি মতাংসিদ ওইথোকপ য়াব মরম অমফাওব লৈতে।

মহেন্দ্র পর্ব্বত চীংসাংবু উরগ সমুদ্র মপান্দ চৎতুনা অর্জুনন মণিপুরদগী থুংবনি। মহেন্দ্র পর্ব্বতসু লৈতব, সমুদ্র মপাবসু নত্তব কংলৈপাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুর অদুমক্তি হায়বা সদি শ্লোক অসিন থোরাহ পাল্লমবদি নোক্কনি।

হায়রিব মণিপুর অসি নোংপোক থংব ভারত্ত নমত্তুনা ওইহল্লে হায়না লৌরাস।। মতুনসু কংলৈপাক অসিবুদি য়োব ওমদে।। মরমদি হোংজকী কংলৈপাক অসি মতমতুদগীদি ভারতকী সরুক অম ওইরমদে।। অমরোমদন অর্জুনন চৎলম্ব খোংচৎ অদুদি মতম অদুগী ভারতকী লম অদুগী মমুংদত চৎপনি। য়াংম লানখোরকপ নত্তে।। মমুং অদুগী লমদসু নাকল অমদি থুংনা লমথৈ য়োন চৎখিদে হায়ব মহাভারত মসান অদুম তাকই।।

ময়াম অহুন অমুক্তন্তু ভারতকী লৈপাক অম নংলমদব কংলৈপাক অসিদি মহাভারতন ঃৌব ওম লমগী রাংমল য়াম্ন লাগ্নলৈ ।।

(২) সরুাইবসিংগী বা পরেং :—অমিব মতমদদি থম্নহুন খ্রিস্তাব্দ চহি ১৫২০ সুবদ লৈরম্ন ভারতকী লমগী কার্ল মার্ক্সন রেকথোরুব "নোতস ওন ইন্দিয়ান হিস্তরি' গী ভারতকী পাকল ( মেপ ) অহুদস্নু কংলৈপাক ( ওসিগী মাণিপুর ) অসি ভারতকী লৈবাং ( সিমানা ) মন্নুং চল্লমদে ।। [৫] ইচক নক্ক কংব অহোংব লাইরক্ত হয়রবা "বোইজ আউন হিস্তরি ওফ ইন্ডিয়া" দা য়েক্লিব ভারতকী অমিব পাকল অহুদ দিগ্রি ৯০° অসিগী রাংমগী ( লোজচুং দিগ্রি ) লম মচিং থম মতম লোজিচুং দিগ্রি ৯০° গী নোংপোকত য়াম্ন হাইগংলগ লৈরিব কংলৈপাক লমদমশু দি ভারতকী লম সুবওই ওইরমদে ।। [৬]

মহাভারতকী মণিপুরন কংলৈপাক য়োন লায়্রকগী ওই-থোক্তব অহুমুম থওযিব হিন্দুগী মমিং চৎলব পণ্ডিত নগেন্দ্রনাথ বসুন 'জন্মভূমি' কৌব পত্রিকাদি মহাভারতকী মণিপুর অহুদি ওরিষাগী থাইন ওইরম্ন রাজধানীনি হায়বগী লোংদব থূদম পিম্রে ।। [৭]

জেৎ, এ, রাগোজিনন ইবা 'বৈদিক ইন্ডিয়া„ দা য়েক্লিব বৈদিক মতমগী ভারতকী পাকল অহুাস্নু হৌজক মণিপুর কোম্নব নোংপোক হথং শংব ভারতকী লমদম অম হায়বী

[৫] Notes on Indi n H story, K rl Marx PP 40.

[৬] Boys' Own Hist ry of India (মতম অমগী রেফরুক)

[৭] জন্মভূমি পত্রিকা, বঙ্গাব্দ ১২৯৮ ।।

চারত অহুগী মমুং চল্লমদে।। [৮] বিমলা চর্ণ লো, এম, এ, এল. এল, বি ; পী আইচ. দী : দী; লীত. না ভারতকী মীহৌরোনগী ডাংকক তাকুন লম্মীংলোনগ ভারতকী মীহৌ-রোনগ কোম্বন য়েকশোকপুর মীহৌরোন তাকপ ভারতকী মাকল অহুদম্ব কংলৈপাক ল দমগী মখিক তমকাওব মরী লনদে। [৯] ভারতকী মমু চৎমদব কংলৈপাক অসিদ ভারত গী মাঙ্কুন চংখিবম্র পুন্সিদ অমুক খোকখিদব অর্জুনন মাক্কুন চাদা নাওদা সম্মোক্লৈ হায়র্বাসিদি মংদ কোয়েন কৈপাক চংপত্রবনি ॥

বিশ্বকোষ ইব নগেন্দ্রনাথ পণ্ডিতনদি অসুম্ন ইদি – "বর্ত-মান গঞ্জাম জেলাস্থ চিকাকুলের নিকট যের মনজুর বন্দর আছে তাহাই কলিঙ্গ রাজধানী। মহাভারতীয় মণিপুর।" হায়রবদি মতমসিগী গঞ্জাম লমদমগী চিকাকুলগী মনাক "মনজুর" বন্দর লৈরিবসি কলিঙ্গগী রাজধানী, মহাভারতকী মণিপুর অমনি হায়রবনি ॥ [১০] পণ্ডিত অসিগী অয়েক্ম মিংয়েংশু মহাভারতকী মণিপুরদি ওরিষাদগী হেন্দোকনিংঙাই কয়িমত লৈতে হায়রবনিনি ॥

পণ্ডিত হরিচরণগী 'বঙ্গীয় শব্দ কোষ' তোল, অহুম মুবদ মহাভারতকী শ্লোকন পাম্লিব মণিপুর কৌব মক্ক-দাহনগী লৈপাক অসিন কলিঙ্গ দেসপু (ওরিষামু) থাদোকপা অমত্তে হায়রব থিন্দুন তাকই ॥ পণ্ডিত হরিচরণগী খোল্লেন

---

৮] Vedic India, Map of India with reference to Vedic Times : Z.A. Ragozin.

৯] Historical Geography of Ancient India : Bimala Churn Law, MA, LLB, Ph. D, D.Litt.

১০] বিশ্বকোষ, ১৩ শ ভাগ : নগেন্দ্রনাথ ॥

ইচুন লৈপ্রে -"মণিপ্ুর-কলিঙ্গ দেশের পরবর্ত্তী সমুদ্রতীরস্থ দেশ বিশেষ (মহা: ১ ১৫.১২; -৩)[১]
অদুন মহাভারতকী মণিপুর হেক হায়বদ কলিঙ্গ দেশ অমসুং সমুদ্র মপান অদুগা চৈংদন মহেন্দ্র পর্ব্বত হায়বসি থাদোক্লব লৈকোইশঙদু য়াররোইরবনি।

সার মোনিয়র ব্বিলিয়ামস বোদন প্রোফেসর ওফ সংস্কৃত, এম, এ, কে, সি, আই, ই ন "এ সংস্কৃত-ইংলিস দিক্সনারি" দা মহাভারতকী মণিপুরবু অসুম্না সিংথাব থোকনগনি ;—

"Na e f a town in Kalinga
situated on the sea-shore." [১২]

(মহাভারতকী মণিপুর অদুদি) সমুদ্র মপান্দ লৈব কলিঙ্গগী ত্যাউন অমনি—অসুম্ন থিন্দুন পি।। "মণি পাত" হায়রগনা মণিপুর লৈপাক অদুগী নিংথৌ "বভ্রুবাহনবু" থগৈ হায়নসু সার মোনিয়রব্বিলিয়ামসন অমুকসু থিন্দুন তাক্লম্মী।। [১৩]
অসিগুম্না মসিং লৈরব ফাথিবসিং অমত্তন অর্জুনন হৌজিক লৈরিব মণিপুর অসিদ চৎপগী য়া অসিদি মংদফাওব মংখিব লৈতে।

শ্রীনগেন্দ্রনাথ বোস পণ্ডিতকী "বিশ্বকোষ' নবম ভাগ অসিদ "প্রাচীন দাক্ষিনাত্য" হায়দুন পুথোক্লব পাফল (মেপ) অসিদ 'মণিপুর" হায়ব অম মহেন্দ্র পর্ব্বত চৈংসাংগী নাক-চিরাইদ থিন্দুন তাক্লম্মী।। মহু গঞ্জামগী নোংচুপগুনি।। কলিঙ্গ নগরগীন মথা সেল্লগ লৈ।। ইন্দিয়ান আর্ত কলেজন

---

[১] বঙ্গীয় শব্দকোষ, ভোল, থ্রি; পৃ: ২৩২০: হারচরণ।।
[২] A Sanskrit--English Dictionary, 1st Edition 1899.
Foden Professor of Sanskrit, Sir Monier Williams, M,A., K.C.I.E.
[৩] Ibid.

তরং তাংং য়েকাখ্রাক্কুন মহাভারতকী মতমগী মণিপুর অহু কলিঙ্গগী মঁনুংদ লৈব লমনি হায়ব নিংখিন তুপ্তুন উৎলি ॥ [১৪] অস্তুম মহাভারতকী শ্লোক সেংন উৎলিব কলিঙ্গদ চংখিব অর্জুনগী লম্বী অসি ঈহুন হিন্দুস্থান স্তেনদার্দ কী ১৯৬৬ কী ওক্তোবর চোক্কা অমদ অহোম শিপিসিয়েলিস্ত. বি. বরুয়া না মহাভারতকী মণিপুরদি হৌক্কিব্বী অসি নহে. কলিঙ্গ দেশত লৈব মফম অমনি হায়ন চেক্কল কয়া উৎত্তুন লাউথোকখ্রে ।। [১৫]

মখা তাথব লৈহাকস্ত মুংঙাইখিগনি—ফাকংপিয় লামাই-সিং 'জোগ্রাফিকেল দিক্সনারি ওফ এন্সিয়েন্ত এন্দ মেদিয়েভেল ইন্দিয়া" উবিগনি বভ্রুবাহন নিংথৌ ওইন পাল্লব মণিপুর অহুদি কলিঙ্গ দেশত লৈ ।। [১৬] "দ রোয়েল ইন্দিয়ান এতলাস ওফ দ বর্ল্দ" গী চেনাসিংদ কংলৈপাকী ফমফম অমত্ত ভারতকী মীহাবোনগী মুংসেলত্বদ মমি তাদে । [১৭] "হীস্তরিকেল এতলাস ওফ ইন্দীয়া" দ মণিপুর হায়ব মহাভারতকী মফমগী লমদম অহুদি কলিঙ্গদ লৈ হায়হুন চিংনিংঙাই অমত্ত য়াওদন উৎলি ।। [১৮] "হান্দু ক্লাসীকেল দীক্স-নারী" দস্থ মণিপুর অহু বভ্রুবাহন পাল্লব কলিঙ্গগী লৈময়োন

---

[১৪] বিশ্বকোষ নবম ভাগ : প্রাচীন দাক্ষিনাত্য ( illustrated by Indian Art Cottage ) : নগেন্দ্রনাথ বোস ।।

[১৫] See, Hindustan Standard, October 12, 1966.

[১৬] Geographical Dictionary of Ancient and Mediaval India: The Assam State Historical and Antiquarian Department.

[১৭] The Royal Indian Atlas of the World. ( G.U. Library )

[১৮] Historical Atlas of India : The A.S.H.& A. Deptt. (Assam).

(মিতি) অমনি হায়রন হৈরি।। [১৯] বেঙ্গল, অসাম, মিজুআরী মথক লাম থাংলকুন মহাভারতকী মণিপুর ওরিসার লৈবাক অদুগী কংলৈপাক তাম পুরক্কবগী বাকম করিমত্ত মাওদো।।

'ওক্সফোর্দ পীক্তোরীয়েল দীক্সনারী ওফ ইন্দীয়ান হীস্তরী'' গী লাতমদিংন অর্থা ফুকপা যৌরগ অর্থগী মোয়াংবা তারগ স্মোংলোনগী মীহৌরোন অম মরীক চুম পিরি।। লাই-রিকসিংগী লাতমসংদ মহাভারতকী মণিপুর অদুন চেক লৈব মফম অদু য়েকপোক্লগ পাফলগী মমাইদ লেংন কক্তুন তারি।। ওরিষগী সমুদ্র মপান্নলাম থংব ওমৈখদ করিমত্ত য়েংনোক্লগা য়াদন থিজ্জুন তাকলি। [২০] গেইৎকি''এ হিস্তরি ওফ অসাম''গী লাগাইন চাউন ইংনন লৈরি–''মণীপূর কলাঙ্গগী নাংখো মক্ষরা-হুনগী কোন্নুংনী। [২১]

দাস্তের আপতে নদি খ্রিস্তগী চহি ৮৭১ দ য়োংব মাক্কাগী চেকোংদ দাক্ষিনাত্যগী মাছরদগী ম ইল ৭ই চৎলগ লোংলোক-লোমদ লৈব ''মনলুর'' কৌব লমদম অসি মহাভারতকী মণি-পুর অদু ওইগনি হায়রন য়াম্ন থাপ্প পুথোকই।। (২) কাম্বিং হুন-মদি মতাঙ্গী আরকেওলোজিকেল সর্ভেগী রিপোর্তদ মদু

[১৯] Hindu Classical Dictionary : The A. S. H. & A. Deptt. (Assam).

[২০] Oxford Pictorial Dictionary of Indian History, 1932.

[২১] A History of Assam : Edward Gait, K.C.S.I.C.I.E.

[২২] Madras Journal for 1879 : Page 311.

রাজলাকী অম রত্নপুরগী অয়াংদ লৈব "মণিপুর" অসিবু চেদি-রাজ্যদি থাইনগী রাজধানী মণিপুর অহুম্নি হায়বুন মসুং চং-শিলপ উলব ওইম পিরি ॥ [২৩]

"এ ফাদরিস মোমেন্তেল এন্তিক্যুতিজ ইন্সক্রিপসন ইন দ এন, ডব্লিউ, পি, এন্ড ওদ্ধ' গী লা ়ইদ থাইনগী মণিপুর অহু পল্লি। সিংগাপুরগী খা পাংন ক্রোস ১৩ চলগ লৈরিব '.মনুআ,' কৌব লমদম অসি থাইনগী মণিপুর অহুনি হায়ন চেংন কেন্দুন থম্মী। (২৪) কনামক্তুন অর্জ্জুনগী লম্বী অসি ভারত লাম্বাক্লগ চৌজক মণিপুর কৌরিব নোংপোক লমখৈ অসিদ চংখিবনি হায়বসি হায়ব লৈতে। অর্জ্জুনগ বভ্রুবাহনগ লল থেংনখিব মফমসি মনুমাগী লমদমসিদনি হায়ন তাকয়ুন, লাংজীং পাৎসোইগী লান্দগী য়াম্ন তাম্ন পুখ্রে।

থি; ওপাক্ত মন্নু মহাভারতকী মণিপূরবু মহুমাগী নোংপোক থঙ্গদগী হেনজিন্ন কল্লিমক পল্লমদে [২৫] পণ্ডিত রাজ মোহন নাথ নসি মণিপুরবু কংলৈপাক্তগী অস্নুকী মহিক থাপ হন্নিজারয়োমদ থাংজোকই। [২৬] মি· লাসন না অমুক কলিঙ্গদ মণিপুরবু উংলি। কনাম্ন ওল্ল কম লৈতে [২৭]

---

[২৩] Canningham's Archeaological Survey Re. port, Volume xvii, Page 70.

[২৪] A Fatheris Momental Artiquitiese Inscrip- tion in the N.W.P. and Oudba : Page 189.

[২৫] M. M: A. S. ( partial ).

[২৬] MT.: N. Sh. – do–

[২৭] G.M.L.L.C. – do–

ঋগ বেদগী ভাষ্য লেংব, বেদগী প্রশ্লোক: বু মহাভারতকী পল্লিব মণিপুর অসিনি হায়হুন কুপ্প থিরব পণ্ডিত স্বামি দয়ানন্দ সরস্বতী নদি মণিপুর অহুবু নৈনরকপদ হৌজিকি মণিপুর অসিদি মাইল লিসিং কয়া লাপ্প লংসেক্তুন থম্মী। কংলৈপাক লৈরিব নোংপোক অসিদ নঙল ওাস্থাক্লগ স্বামী দয়ানন্দ সরস্বতীন মহ ভারতকী মণিপুরবু নোংচুপলোমদ লাপ্প তাকই। [২৮] মি: বিলসন দি মহাভাবতকী মণিপুরগ হৌজিকা মণিপর অসিগ মবী লৈনব স্নকযা য়ারোই হায়গ্র সমুদ্র মপান্দগী হায়নিংতাই লৈতন লাপগ্রব কংলৈপাক অসিগ সমুদ্র মপান্দ লৈফম পোকপ প্রোক কয়ামরুমন সমুদ্র মপান্দ লৈব মণিপুরনি তাক্রব হিন্দুগী লমদম মণিপুর অহুগ অনি অসি অমত্তনি হায়বংস বিলসন স্নকয়া য়াখিদে। [২৯]

পণ্ডিতসিংগী লেংত্রব নৈনারালগী মহৈ: দগী অমসুং মহাভারত মসাগী স্নে স্তুগীস্থ কংলৈপাক্ক লৈরিব লমগ বক্রবাহন পালব মণিপুরগ মর কন্নিমত্ত লৈনদবগী থুদম অসি মরীক চুম্মনথিবদগী পদ্মনাথ বিদ্যাবীনোদ কুম্ব থরন হৌজিকী মণিপুর অসি মহাভারতকী মণিপুর ওইহন্নব কম্ন হোংনবহু ফাগি তাখি। গেইৎকী লাইরিকপু সিংনহুন ফন হোংনবহু কংলৈপাকগী অমুক মচাক ময়াম অমন মীহৌরোনগী হাপু হারাং মহোরকদব কযাম্নু লৈবনিন পদ্মনাথ বিদ্যাবীনোদন হোংনবহু অরেব তারে। [৩০]

[২৮] সত্যার্থ প্রকাশ: স্বামি দয়ানন্দ সরস্বতী।

[২৯] History of Manipur : J. Roy : Page 4.

[৩০] Vide, A Critical Study of Gait's History of Assam : Padma Nath Vidyavinode.

হৌজিক্তি অর্জ্জুনগী খোংগুল লীবদ কংলে ।। চীংলোন :৪ন কোয়রিব ভারতকী লম অম ওইরমদব সমুদ্র মপান্দগী লাম্ন, মহেন্দ্র পর্ব্বত উদব, কলিঙ্গ দেশক য়াম্ন লাপ্নব কংলৈপাক অসিদদি অর্জ্জুনগী লম্বীগী লমথুংফম ওইব য়ারোই ।। কংলৈপাককী মঙ্গুং অমস্রুং অকোইবদস্নু "পূর" তাব লম অমত্তুস্নু মতমত্তুদ লৈরমদে ।। সংস্কৃত খোঙ্গোক চংব লমগী মমিং অমত্ত লৈতবসিগ + অর্জ্জুনগী খোংগুল ফংদবসিগ + সমুদ্র মপান্দগী য়াম্ন তান্নস্ব অসিগ + মহেন্দ্র পর্ব্বত উদবসিগ -। বভ্রুবাহনদি কলিঙ্গদ পানব ওইরম্ব অসিগ পুল্লপ তিন-সিন্নরবদি হেম্ন চ'উব শক্ক কল য়ারোই অম তারগনি মহুদি -
" কংলৈপাক অসি মহাভারতকী মণিপূর অদু নত্তে ।।"

## (iii) মথা শ্লোকসিংগী অমুক নৈনব হৌব

অমুকস্নু য়েংব য়াই অর্জ্জুনন মণিপূর হায়বিব কলিঙ্গদেশতু লৈব মফম অসিদ থুংলে ।' মতমত্তুদ চিত্রবাহন কৌব নিংথৌ অম পাল্লি । চিত্রবাহনগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদাবু অর্জ্জুনন পামলে, পিয়ু হায়রুরে । মতমত্তুদ চিত্রবাহনন মাগী সাগৈগী প্রভঞ্জন কৌব নিংথৌ অদুগী য়ারী লী।। মহাভারতন হায় -

" তমুবাচাথ রাজা স সান্তুপূর্ব্বমিদং বচ : ।
রাজা প্রভঞ্জনোনাম কুলেহস্মিন বভূবহ ।। [৩১]

" নিংথৌতুন ( চিত্রবাহন ) খেম্বগী য়াহৈন ঐগী সাগৈ অসিগী প্রভঞ্জন কৌব নিংথৌ অম পাল্লম্মী হায় " লৈরম্লিব চিত্রবাহন নিংথৌন য়ারা তৌরক্লিব সাগৈগী নিংথৌ প্রভঞ্জন হায়বসি কং-লৈপাক অসিদদি কনামত্তুন পুখোকপ ওমলোই ।। প্রভঞ্জন

---

[৩১] মহাভারত, আদি পর্ব্ব ।

মচা পোকনিংহুন উমাগী মপু ওইব মহাদেব লাইবু নিংহুন মচা পোকনবগী যাইফ রা ফংঙনব হোৎনখিবগী মহাভারতকী য়ায়ী ময়ামসিন তাকপদি মহাদেব উমাগী মনম ফংব চহি ৩০০ লোমত ডায়রিব কংলৈপাক অসিদদি অর্জ্জুনন থুংব মণিপুর অহু নত্তে হায়রবসিনি ।।

অর্জ্জুনন মণিপুর কৌব লমদমদ চিত্রাঙ্গদা পায়হুন চহি ৩ লোম লৈরম্লগ বভ্রুবাহন কৌব মচা অমা পোক্লব তুংদ অমুক লমদম অহু থাদোক্লুন অমুক হল্লক্কে হায়রম্লগ লম থর মথারোমদ চৎলি । অহুবু মহাভারত পুরাণন শ্লোক অমন সেংন হায়রি –

ততঃ সমুদ্র তীর্থানি দক্ষিনে ভরতষ ভঃ [৩২]

বাহশ্লোক – মতুগী তুংদ অর্জ্জুনন সমুদ্র মপান্দ চৎলুন মথারোমদ লাইফম কয়া চৎলি ।" অসুম মণিপুর অহু থাদোকলম্লগ মথারোমদ চংখিবসি সমুদ্র মপান্দনি ।। মণিপুরগী মথা মাযকৈদ চৎলগ অর্জ্জুনন লাইফম ৫ চৎলি ।। অগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্র তীর্থ, পৌলোম তীর্থ, কারন্ধম তীর্থ অমসুং ভরদ্বাজ তীর্থ ৫ অসি লোইন চৎলি ।। কুম্ভীর ওন্দুন লৈরম্ব স্বর্গগী জগোইসাবী অপসারা ৫ সু লানবীরম্মী । মথা মায়কৈদ লাইফম কয়া চৎলুরগ অমুক অর্জ্জুনন মণিপুরদ হল্লকখি ।। মহাভারতকী শ্লোক হায় ঃ

'চিত্রাঙ্গদাং পুনদ্রস্টং মনিপুরং পুনর্যযৌ ।।ঃ" [৩৩]

---

[৩২] মহাভারত আদি পর্ব্ব ।।

[৩৩] মহাভারত, আদি পর্ব্ব

য়াহল্লোক – “চিত্রাঙ্গদা উম্মনবগী মণিপুরদ (অর্জুনন) অমুক হল্লকখি।” শ্লোক অসিনম্মু অর্জুনন চিত্রাঙ্গদা লোয়রিব মণিপুর অসি হৌজিক্কি মণিপুর অসি নত্তে হায়ব অতুম তাকই। খারোমদ লাইফম কয়া চংলুরগ অমুক হল্লকপদ মণিপুর চংলকপনি। খারোমদ লৈরিব চীংগী লমসিংবুম্মু হায়ব নত্তে। অতু ওইরবদি হৌজিক্কী মণিপুর অসি লাম্মোক্তুন খা পাংন চংথ্রগ থংগদব লমসি য়াম্ন লাপ্নস্মু চংতন লাইফম ময়াম অমম্মু কোয়রিবনিন বর্ম্মারোমদ চংফম খোকপনি।

হৌজিক য়াগী য়াতাও অম ফংলগনি। অগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্র তীর্থনচিংব মহাভারতন পল্লিব তীর্থ ময়াম অসিদি বর্ম্মা লৈবাক্তদি লৈরে। অর্জুনন ভারত লানথোক্লগ মণিপুর চংলি হায়রসি মহাভারত্ত য়াওদে। খারোমদ চংথ্রগ সমুদ্র মপাম্ন ময়ম ওইতুন তীর্থ ময়ামসি লৈবদি ওরিষা দেশত্ত লৈব মণিপুর অতু নত্তন ওইথোকপ য়াদে।

মতুংদ অর্জুনন চিত্রাঙ্গদাদ পাওমেন্নরম্লগ গোকর্ণদ চংখি। অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতাংফাওবগী মতুংদ অতুম লাকখিরে। অর্জুনন গোকর্ণদ চংখিবসিবু মহাভারতন অম্মুম্ন সিংথারি –

“চিত্রাঙ্গদামেবমুক্ত্বা গোকর্ণমভিতোঽগমৎ।” [৩৪]

“অসিরা চিত্রাঙ্গদাদ হায়রম্লগ অর্জুনন গোকর্ণদ চংখি।” অর্জুনন গোকর্ণদ চংখিব অসি বর্ম্মাগ তাইনরিব মণিপুর অসিদগী ওইরবদি ওইথোক্কে। থাপথ্রব লম অতুদ চংপদ মকম অসিদগীদি চুমথ্রিং চংপ য়াব লম্বীস্মু ওসিফাওবদ সেমব

[৩৪] মহাভারত, আদি পর্ব্ব।

ওমদ্রি। মসিনস্থ হেন্ন লম্বী তেনব, কলিঙ্গগী মণিপুর অহুনি, মফম অসি ওইব য়ারোই হায়ব তাকই।

হৌজিক্কী মণিপূরন লোংগিচ্যুৎ দিগ্রি ৯০° গী মথক্ত লৈগ্রগা অর্জুন থংলিব মণিপুর অহুদি লোং: দিগ্রি ৮০° গী মথাদ হাইথত্তুন লৈ। অহুগুম্ব কলিঙ্গগী মণিপুর অহুবু কাসীরামদাসন পিব অর্জ্জুনগী লম্বী মতুং ইন্ন অহ্ক খোংতুন বেঙ্গল টেক্নিকেল ইন্সটিত্যুৎ কলকতা, ১৯০৮ দ "পৌরানিক ভারতবর্ষ" মসক উৎতুন পাফম (মেপ) অম পণ্ডিতশিংন য়েক্কুন পুথোকখ্রে। [৩৫] পাফম অসিন অর্জ্জুনন কলিঙ্গগী মসুং হুনজিন্নগ হান্নজিনখিহুন মণিপুর কৌব কলিঙ্গগী রাজধানী অহুদ চংখিবগী শ্রোক। সক্নমবু মসক ওইন তাকই। ইন্দিয়ান আর্ত কলেজন পুথে কপ নগেন্দ্রনাথ বসুগী "প্রাচীন দাক্ষিনাত্য" অয়েকপ পাফম অহুদসু মহাভারতকী মণিপুর অহু সমুদ্র মপান, মহেন্দ্র পর্ব্বত অমসুং কলিঙ্গ দেশ অহুম অসিবু থাদোকপ লৈতে [৩৬]

মসান তাক্কব রাফম ময়াম আস লেবন "হিস্তোর ওফ আসাম" গী অইব এদরার্দ গেইৎন মহাভারত্ত য়াওব বব্রুবাহনগী মণিপুর অহু পাথংবন পানব কংলৈপাক আসম হাপচিনব ওইথোক্তে হায়খ্রে। মহাক্ক য়ান্ন কনসিন্ন হায়— "The Manipur mentioned in the Mahabharat was

---

[৩৫] পৌরানিক ভারতবর্ষ (সরল কৃত্তিবাস ও কাশীরামদাসের জন্য সঙ্কলিত।)—Printed at the Bengal Technical Institute, Culcutta-1908.

[৩৬] প্রাচীন দাক্ষিনাত্য (বিশ্বকোষের জন্য শ্রীনগেন্দ্রনাথ বসু সঙ্কলিত।) – শাল ১৩০৫। বিশ্বকোষ, নবম ভাগ (G. U. Library Bk.No. 51888)॥

the capital of Babhruvahana, king of Kalinga. It must therefore have been situated some where in the south of Orrissa or north of Madras "। [৩৭] মহাভারতকী মণিপুর অছুদি কলিঙ্গগী নিংথৌ বভ্রুবাহনগী কোন্নুংনি ময়ম অছুন কলিঙ্গন খয় হেন্ন চাউন কোল্লবস্থ মাদ্রাজগীদি অরাংলোমদ হাইগৎলগ নক্রগ ওরিষাগী খা থংবরোমদ লৈফম থোকই হায়ন এদবার্দ গেইৎন হায়রি ।।

কনাগুম্ব অর্জুন য়ায় লাকহনবিংব উত্তাই চাব রারোলদি পিব ওমদব কংলৈপাক মচা খরন কয় অর্জুনগী লাল তৌফমকা তাকয়েন লাংজীংদ সেমকৎলি তাহ্নন এদবার্দ গেইৎন মহাকী তেখাও লৈপাকী মীহৌরোন ইব লাইরিক্ত ওনথোক্ত কয় সিংনরি। মাদ ইরি "....but there can be no doubt whatever that it was no where near the place of the same name in Assam [৩৮] তৌইগুম্বস্থং আসামদ লৈয়িব ময়িং মান্নব মণিপুর অসিগী মনাক্তদি করিগুম্ব মফম অমত্ত মহাভারতকী মণিপুর অছু ওইব য়ারোই হায়দনি।

মতাং অসিদ মুংতাইরিবদি হৌজিক্কী মণিপুর অসিদ তৈহাক লৈতন লাক্লিব অর্যসিংগী খুন্দারোন ইবদস্থ কাওরিব পণ্ডিত এস. কে, চেতরজী অমস্থং হিস্তরিয়ান আর; সি, মজুমদার অনিন তুমিন্ন লৈব অসিনি ।। অনি অসিদি অমন পণ্ডিতনি অমন অফাওব মীহৌরোন ইবনি। মখোয় আনদি লমদম অসি

[৩৭] History of Assam. 3rd Edition --- 322 : Edward Gait, K.C.S.I.C.I.E. (Indian Civil Service, retired).

[৩৮] History of Assam, 3rd Edition--Page 322 ; Edward Gait.

মহাভারতকী মণিপূর অদু নত্তে হায়রবসু খঙবনি অদুগ সোমদন বৈষ্ণব লাইনিং মরা চেৎহনমনখিত্রন মীহৌরোন সাজিন্নগ লমদম অসি শ্রীকৃষ্ণগী মতাও অর্জুনন লাক্লম্বদুনি হায়জিন্নিংব মরুপ মপাং কয়া অমম্ভ তিন্নরি অদুন কাখিব অনি অসিগী অন্নাব ওইখি। অদুবু অমগীসু অমগীসু য়েংদুন মন্নায় চাবীদ পাউখোং চন্নগ মহাভারতকী মণিপুব অসি অদুম হন্দাকনু থনমলে। য়েংবীয়ু আর, সি, মজুমদারন অর্থাৎ নোংপোক ভারতত লম সন্দোরকপগী মতাংদ হায়—' It is not unlikely therefore that Sindhu is an interpolation and in that case juxtaposition of Pragiyotisha (Assam) and Manipur certainly favours the identification of Manipur with the present state of that name in Eastern India "। [৩১]

অর্জুন আসামদ লাল থেংনরন্নগ সিন্ধু লৈপাক্ত অমুক লাল থেংনব চৎলি মথংদ মণিপূরগী বক্রুবাহনগ লাল সোক্লৈ। মতাং অসিদ হৌজিক্কী মণিপুর অসিগ আসামগদি য়ুমলোন্নব-শুবনি। আসামগী মচি অম অর্জুনন য়োরম্নপ মথং মথং সিন্ধু নচিংব লৈপাকসু অমুক লাল থেংনরুই। অদুগ মহাভারতকী মণিপূর অদুদ থুংলগ বক্রুবাহনগ লাল সোক্লগদবনি। অদু ওইরবদি সিন্ধু হায়রিব লৈপাক অসি পল্লম্বদগী আসামগ অর্জুননথংলুন্নিব মণিপুর কোব লম অদুগাদ য়ুমলোন্নবদি ওইব য়াদ্রে, লৈপাক কয়ান মরক খল্লে। মরক খাল্লবদুসু নাগা-লেন্দগুম হকথেংনন্নিব লৈপাকসু অমুক নৎত্তরি। মতাং অসিদ আর, সি, মজুমদারন মথক্কী রাইহেসিংসিদ পাউখোং ওইনত

[৩১] Expansion of Aryan Culture in Eastern India, 1968 – Page 43 – 45.

থনম্ব নত্তন থুং থাদ ওয়মগ্রে ।। মহাক্ হায়রিবন - মরক্ত মহাভারত পল্লিব সিন্ধুদেসত সিন্ধুগী নিংথৌগ লাল সোক্নৈ হায়বসি কোম্ন হেক্ত কনানোমন হাপচিল্লকপ ওইরম্ব যাই, মহু মানদে হায়বম্ব হেক যাদে।। খল্লিব অসুম্ন সিন্ধু অসি মথৌ লৈতন কনানোমন মহাভারতকী মরক্ত হাপ-চিল্লম্বনি হায়ন লৌরসি. অদুম তৌরবদি অসামগী মচী অদুগ হৌজিক্কী মণিপুরগ খর নকসিন্নহনব য়াবনিন অর্জ্জুনন চৎপ মণিপূরদু হৌজিক্কীসিনি হায়বদ খুদোং-চাব পা।। অম্মুম্ন পৌরপ্ল থুগাইত্বন য়েংলবদি তসেংন মজুমদারন পিরিব বারোলসিদি সিন্ধুদেসপু পোংহাপনি হায়ত্বন মসান সেংব খুদম পিত্বন পন্দবনিন মহাভারতকী মণিপুর অদু মফম অসিনি হায়বগী বারোল অমত্ত মসিদ য়াওদে। চুম্নগী পাউখোং চন-বত্তনি।।

দাক্তর এস, কে, চেত্তরজীনম্ব হৌজিক্কী মণিপুর অসি মহা-ভারতকী অদুনি হায়ব ওমদে।। মরুপ মপাংগী পেন্নব ওইন চুম্নত মীহৌরোনর্দি নত্তব লাইগী বারী ওইন তৌব অর্জ্জুন চিত্রাঙ্গদাগী বারী অসিন মণিপুরগ ব্রহ্মানিকেল ওইব হিন্দূগী পূরানগী বারীগ সমজিন্নফম ওইরকখি হায়ন কনাগুম্বন হায়রম্ব য়াই অম্মুম্ন হায়রগ তোকই।। মফম অসি মহা-ভারতকী অদুনি হায়ন পল্লমদে।। [৪০] পণ্ডিতকি ময়ায় চাবি

[৪০] " The legend of Arjun and Chitrangada which is very well known in India, became, one might say, the pivot for linking up Manipur with Brahmanical Purana tradition " — Religious and Cultural Integration of India, 1976, page 48 S. K. Chatterji.

রারোল অসিদি অচুম্বনি ॥ কংলৈপাকী রারীগ অর্থ্যগী মরোল মায়দব রারোলহৃগ মরী অম লৈনহনব হায়বসি অঙনব মতমদদি পাম্বৈ লৈতহুন সান্তদাস মহন্তন মণিপুর খোল্লগ মহাভারতকী মণিপুর অহুনি হায়হুন নহানমথৈ ফরক্ত মরী অম মুংসিং ফাহুন পুল্লগ থমখিবনি ॥ ফরক অহু পাম্বসিংন কংলৈপাকী লমহাংদ খোঙুন আঃ দা অর্জুন লেংলক্লে, চিত্রাঙ্গদা জগোই সারে বভ্রু-বাহনগ অর্জুনগ লাল সোক্লরে হায়হুন কুমহৈ যাওদন ভাবক ময়াম হৌহুন লাউরুবশনি ॥ লাক্লম্বদুদি আর্জ্জুন ওইরমদ্রে আ:তু ! ওইরম্লে ॥

অম্মুম কংলৈপাকী মরীক চুম্লব মীহৌরোনবু খোঙইন মচু সংজিল্লগ চেৎশি চেকুমতম সাব মী পরেং অম কংলৈরোন্দ খেৎচিল্লকখি ॥ অম্মুম তোয়গ মফুরুপ মাংতল্লগ কদাই কদাই দগীনো কাম্বব থর লাকপ য়াই থন্দুন মফম মরাং থঙদব মরী মখোং অমত্ত লৈতব মীহৌরোন ইব পুরানশু নত্তব মহাভারতকী লম অমবু কংলৈপাক অসিনি হায়জিন্দুন খৌঙইন সন্দোকপ হৌরকখি ॥ মসিবু উবগ ওইরোইদব রারাং ময়াম অম সেম্লগ মীহৌরোন ( ইতিহাস ) হেক্ত ওইহন্নব তোৎনরিব অসিব হিন্দুগী পণ্ডিত দাক্তর এস, কে, চেত্তরজী ন থাজদনব হায়খ্রে ॥ হিন্দুগী পুরানসিংগী রারী ময়াম্বু লমদম অসিদ পুসিল্লগ হৌরকপ মণিপুরগী বভ্রুবাহনদগী হৌব মী পরেং অসিদি থাজব য়াদ হায়খ্রে ॥ [৪১]

দাঃ এস, কে, চেত্তরজী ন হৌজিকী মণিপুরিসিং অসিবু মসান অর্থ্য ওইনিংহুন রারী সেমজিল্লি থঙহুন " মৈতৈ নত্রগ

[৪১] Kirata-Jana Kriti : Dr. S. K. Chatterjee : Page 81.

মণিপুরিসিংসিদ কুকি-চিন কাংলুপকী খ্বাইদগী চাওখৎপা খুমাং চাওসিনবা খুৎপু অদুনি" হায়খ্রে ॥ [৪২] অর্থ্য মচা মশু ওইবা য়ারোই খঙহনখ্রে ॥

হিন্দু লাইনিং লৌরুবগা হান্নগী মীহোৌরোন মাংহন্নবা হোৎনবা মীমাং খরগী উবদগী বৃত্তিস্ত ওফিসার আর, ব্রাউন, এফ, আর, সি, এস, ই না মনিপুরিসিংসি মসাবু হিন্দুনি হায়জনবা হোৎনবদা মহাভারতপুস্থ মখোয়গী মীহোৌরোন ওইনা সিজিন্নৈ, অদুনা মখোয়না হিন্দু লাইনিং চৎলবা মতুংদা ইরকপা লাইরিকসিংসি কয়া কান্নবা ফংলোই হায়খ্রে ॥ [৪৩] কেপতেন পেম্বরতন স্থ চৈরমদবা য়াদদুনা বাফমসি নাতৈ হক্কবা রায়েন্নি হায়খ্রে ॥ [৪৪] "মৈথৈজ" ইবা তি, সি, হোদসন সাহেবনস্থ মীতৈলোলগী মমিংনা খোন্দবা মমাঙৈগী নিংথৌসিংসি ওইদবা ওাক্তনি হায়খ্রে ॥ [৪৫]

---

[৪২] "The Meitheis or Manipuris are the most advanced section of the Kuki-chin people"
– Kirata-Jana Kriti : Dr. S.K. Chatterjee.

[৪৩] Statistical Account of Manipur : R. Brown, F. R. C. S. E. 1873.

[৪৪] Report on Eastern Frontier : Captain Pemberton.

[৪৫] The Meitheis : T. C. Hodson, Professor of Anthropology Cambridge, 1908,

৫

# বজ্রবাহন পানখিদে উৎপা ৱায়েৎ

(কংলৈপাক্তা অমুক য়েংঙকপা)

অহুঙৈ সান্তদাস মহন্তনা সংস্কৃত ৱাহৈ য়াম্না পুসিন্দ্রবদি থবক য়াদ্রে খঙহুনা ঈপাই হৌহ্নুনা নাখিবা লায়না অহু অস্তুম লৌনহৌহ্নুনা সংস্কৃত পুসিনবগী লায়থেৎ অসি কংলৈচা থরদা সন্দোকহৌরে ।। কংলৈপাক্তা পানখিবা মীহৌরোনগী নিংথৌ পুম্নমক মীতৈলোলগী মমিং ঙাক্তনি ।। মঙাং নিথৌ, ঙাসাবা নিংথৌ, নিংথৌ কাংবা অস্তুম অস্তুম সমথরকপনা নোংদা লায়রেন পাথংবা, খুয়োই তোমপোক, তাউথিংমাং, খূইনিংঙামবা, পেংসিবা, কাউথংবা, নাউথমবা, সামৈলাং, কোনথৌবা, নাউথিংখোং, খোং-তেকচা — মথং মথং পাল্লকপনা খৃস্তগী চহি হৌদ্রিতৈঙদগী (বি, সি, দগী) খৃস্তগী তুং চহিরোন ১৭০৯ সুবদা ঈনিংথৌ ইবুঙো চরাইরোংবনা নোঙ্গাখিবা অসিফাওবদা মীতৈ নিংথৌ অমত্তা লম্কৃতনা মিং থোনবা য়াওদে ।। নিংথৌরোল লমবুবা, চৈথারোন কুমবাবা, সলাই সাখাইলোন নিংথেমলোন, লৈথক লৈখারোন, লৈসেমলোন অলিবা, থমওই য়াংওই সেকনিং, চাদা লাইহুই, মঙাংলোন, লূমাংলোন, খুমন-লোন, অঙোমলোন, মোইরাং নিংথৌরোল লমবুবা, মোইরাং কংলৈরোন, থাবলোল, ঙানবলোন, চেংলৈ-রোন, লৈসাংথেমলোন, সাকোক লমলেন অহানবা অসিনচিংবা পুয়াসিং অসিনা কংলৈপাক্কী অপুনবা মীহৌরোন তাকদবনি ।। পুয়াসিং অসিদা খৃস্তগী চহিরোন ১৭০৯ সুব। অসিগী

মমাংদা পানখিবা লৈপাক লৈখাই (সিতি স্তেং) ৭ মক্কী নিংথৌ-রোল ৭ মক্তম্ন সংস্কৃতনা মমিং থোনবা নিংথৌ অমত্তা য়াওদে।।

মলিয়া ফম্বালচাগী 'চহিরোন ৩১১৪ সুবা (খৃঃ ১৭১৭) মেরা থাগী ৫ নি পানবা ইরাই মুমিংতা পামহৈবা নিংথৌনা মাগী গুরু গোপালদাসতা লাইমিং হেক লৌখিবা অসিগী মতুংদগী কং-লৈপাক্তা নিংথৌগী মীং মীয়ান মরোলদা থোনবা হৌখিবনি।। মমাংদদি অমত্তা লৈতে।।।

অসিগুম্বা মীনম্বা য়াররোইদবা মীয়ান মরোল সিজিন্নরমদবা মীহৌরোনগী লাতমসিং অসি উরগা ঈপাই হৌরক্লহুনা পুয়া মন্নামসি মৈ থাননব থৌরাংলকপনি। মৈ থারব মতুংদ অমুক হন্না কলিগী কুমসিং হাপচিন্দুন সংস্কৃত রাহৈ কয়া কোন্না থেংচিল্লগ মীহৌরোন সেমদোক্লনব "চৈথারোল কুম্বাব" কৌব মীহৌ-রোনগী লাইরিকপু অমুক হন্না ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী হাকথক্ত ইথোক্লম্মি। হৌজিক সনা কোন্নুংদ অমদি পুয়া পায়বশিংদ লৈরিব চৈথাংরোল কুমবাবা অসিগী মকোক্ত মীতৈগী নিংথৌরোল হৌরকপগী রাবু অম্নুম ইরি :--

"শ্রীনরাননা ব্রমহা পোকএ।।
ব্রমহানা মোরিচি পোকএ।।
মোরিচিনা কাইসোপ পোকএ।।
কাইসোপনা সুজ´ পোকএ।।
সুজ´না বুদ্ধদেব পোকএ।।
বুদ্ধদেবদগী সুজ´বংশ থাইখিএ।।০।।"

অম্নুম কংলৈপাক অসিদ বুদ্ধদেবনা চাদা না্ওদাদগী পোকখিব হিন্দুগী সুজ´ বংশ হায়ব লাগৈ অসি সন্দোরকপনি হায়বগী রারোল ইরি। মথংদ ইরি :--

"সূর্জনা সাবন্য মনু পোকএ।
সাবন্য মনুনা ইনদু পোকএ।
ইনদুদগী চন্দ্রবংশ থাইখিরে ॥০॥'

অসি হায়রুন লমদমসিদ লৈখিব ফুরুপ অসি চন্দ্রবংশগী সাগৈশু য়াওরি হায়নব মচাক লোবগাংলকখি। চৈথারোল কুমবাবন অমুকন্সু মথং মথং ইরি :--

"ইনদুনা চিত্রকেতু পোকএ।
।চিত্রকেতুদগী গন্ধর্বা থাইখিরে (গন্ধর্ব বংশবুনি) ॥০॥'

অসুম লেমহৌব সরুক থরবু গন্ধর্ব বংশ ওইন উহল্লি। মসিন মীতৈসিং অসি মীতৈলোল লুকথোক থোক্লমদব বংশসিং অনিগী মচা মসু কোনসেংনি হায়ব উৎনব হোংলৈ। মীতৈলোল লোন-দব সংস্কৃত ওাংব মী কাংবু অম ওইনব সেম্লকখি। মীতৈলোল অসিদি কাইনথংদ কনাদোনা অম তম্নুরগ থঙ্লকপগী ভাবত অমসু থঙ্হল্লি। মীতৈগী মমালোলদি সংস্কৃতনি অমদি সংস্কৃতগী থোরকপ লোলজানি, মীতৈদি মীতৈলোল থোক্লমদে হায়বগী ভাবত অসিন ওইরকপ য়াবসি -- মীবু নোকনিংব পোকহনবদি ওম্নগনি, থাজহনবদি ওমোই। অসুবু মীহৌরোল হায়বসি লোক্লিংব পোক-হন্নব নত্তে ঈপ। ঈপুগী চাওথংলোন অহু মাংখিদনব চুম থোং-চিনহৌবতনি। ঐগুম্ব অমন পামৈজ হায়রুন ফুরুপ অমগী মীহৌ-রোনবু সেমজিন-সাজিনর য়াদে। থম্মোয় সেংব মপুক চুম কংলৈচা অমত্তন কংলৈ লিংথোবু শ্রীপন্নানন্দগী হৌরুন ইরোই। মসিত্তনসু লোইব নংত্রি সেমহৈবগী য়াসি মমী-মনী, চরোং চরোংনি। কুমবাবন অমুক ইথরকই :--

"চিত্রধজনা চিত্রবিজ পোকএ
চিত্রবিজনা চিত্রসব্য পোকএ॥

চিত্রসব্যন চিত্ররবা পোকএ ॥
চিত্ররবান চিত্রংগ পোকএ ॥
চিত্রংগন চিত্রংগতা পোকএ ॥
চিত্রংগতাবু অর্জ্জুনন লোৡুন বভ্রুবাহু ( বভ্রুবাহন ) পোকএ ॥
বভ্রুব হুদ ( বভ্রুবাহনদ ) নিংথৌ পিখিয়ে ॥"

অসুম সমথরকপন অর্জ্জুনন চিত্রাঙ্গদা পারদুন বভ্রুবাহন পোকপ অসি কংলৈপাক্কী নিংথৌরোন ইব কুমবাং অসিদ ময়েক সেংন ইসিল্লম্মী॥ অদুবু মতংদুগী থৌথোক ৱাথোকতি অমত্ত ইব ওয়মদব অসিদ থৌনা ফন হাপচিল্লম্বদি নংলমদব তাই ॥ অদুক ওইহননিংমনখিদুন তৌরম্বসু য়াই ॥ অদুগ মথাদ "মণিপূর" কৌখিবগী ৱারোন অসুম পাল্লি:--

"বভ্রুবাহুন নিংথৌ ওইরবদ মহেন্দ্র নগর
কৌরদগী 'মণিপুর' কৌখি ॥

ৱায়েৎ চংব:-- মতাং অসিদ ঐখোয়না খণ্ডজিনফম থোকপদি অসিনি। মহাভারতকী মণিপুর ওইহন্নব হোৎনরম্লিব মীওইসিং অসি নৈনব ৱাৎপদগী থগুব য়ৌদ্রে॥ মহাভারতকী ৱারীদ অর্জ্জুনন খুংলুম্লিব মণিপুর অদুদি হান্নন মণিপুর কৌদুন লৈরম্লবনি। বভ্রুবাহনদি কাইনথংদ অর্জ্জুনন চিত্রাঙ্গদা লোৡুন পোক্লকপনি। হেক পে রুকপগ নিংথৌগী লুহপ উপসিনবিবসু য়াব নত্তে। চাউরক্লব মতমদ নিংথৌ ওইরকপনি। অদুবু কুনবাব অসিদ "বভ্রুবাহন্ন নিংথৌ ওইরবদ মহেন্দ্র নগর কৌবদগী মণিপুর কৌখি" হায়দুন ইবি সিদি মহাভারত কুম খণ্ডদব মীওইসিং নত্তবাদ ইরোই॥

য়াফম অমম্ভু লাক্তব যাদে। "মহেন্দ্রনগর" কৌরম্মী হায়ব অমম্ভু ইরবনিন অর্জ্জুনন উখিব কলিঙ্গ দেসকী মহেন্দ্র-পর্ব্বত চীংসাংন খোয়ুব লমদি হায়ব তাক্লে।। কংলৈপাক্তদি মহেন্দ্র পর্ব্বত লৈতবনিন, মহেন্দ্রনগরম্ভু অদু লফম থোক্কে।। পল্লিব মণিপুর অসিদি মহেন্দ্রনগরন ওইরকপনিন কুমবাবগী মণিপুর অসিস্ভু কুমবাব মসমক মহেন্দ্রপর্ব্বত মনাক্তুদ অদুম খিনদে কচপ্রে। ওইহনগদৌরিব মম ন অদুম ওইরনজপ্রে।। মসিদি "হাকুম সিখিদ চাউব অদু ঐহাক্কি, মাগী চাকথুং ঐখোন্দ পিরো" হায়বগুম্বনি।। হায়বরিব ওসান চাউব নত্তে অদুম তাকচবনি। মীমাংদ চোপ্পেদা। ওক্লিবর্দি মহাভারতত্তি পাদন মহাভারতকী মণিপুর অদুবু কবিগী অম্মুক পাম্নুরিবনো? মুম্ন পাদবনিন মণিপুরবত্তু লান্ন হেক ওইহন্নিব য়াওনরক্লবদি উৎ ওইন তুম্মসনু হায়ব স্লোক অম মহাভারতত্ত য়াওরম্ব থোক্লবাদ কমদৌনি? ঐখোয়গীদো অমুক তোক্লে হায়ব তাবরা?

কুমবাবগী য়ারোল মতুং ইন্ন অম্মুম লাকপন বভ্রবাহনন অমুক মৃনালি পাম্নতুন সুবাহু পোকলে।। মথং মথং পোক্লক-পন যবাষ্ট (নোংদা লাইরেন পাখংব) য়োরক্লে।। অম্মুন্ন নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমাংদ পানব নিংথৌমথৈন সংস্কৃতকী মমিংমক থোম্লি। অদুগ মথদ লাকপ নোংদা লাইরেন পাখংবদগী চরাইবোংব নিংথৌফাওবদ অতৎপ লৈতন পাম্লক্লিব নিংথৌ ৪৯ গী মমিংন মীতৈলোলন মমিং কৌব নিংথৌমক্তনি।। নিংথৌগী লৈমসিংস্ভু মীতৈলোলন মিং লোইন কৌই।

অদুনদি মসিম্ভু মস্ত উৎচরে—মমাংগী সংস্কৃতন মমিং থোনব হিন্দুগী নিংথৌ ময়াম অদু চে মথক্ত অদুক পাইরক্লুন নম্নবতনি। কংলৈপাক্ত মীতৈ চেং চাদুন, মীতৈগী খুদোং

ফাম্দুন লৈপাক ওাক্লম্বজাৎতি নত্তে॥ মখোয়ন চেগী নিংথৌনি॥ কংলৈচাসিংন থিগৎলিবদি মী অসেংবগী নিংথৌরোন অত্থুনি॥ অমুক্ল সংস্কৃত মমিংওাক্ত পুন্নপ লাক্কুন কংলৈপাক্ত পান্নম্নপ পুন্নপ হৌনত্থুন লোইন অমুক ম'ংখি অত্থুগ মীতৈলোলগী মমিং ওাক্ত কৌব নিংথৌন পুন্নপ হৌনত্থুন চহি ১৭০০ অমুক পান্নে হায়বসিবু য়ানি গদব মী লৈরোই॥ লাল ভৌনত্থুন হাংখিবত্থু নত্তে, লোল তিন্নদব সাগে অমন অমুক পানখিবত্থু নত্তে॥ মসিদি কোক্কী ক্রু খব কোমতক তৌব, হং খজিক চেৎফাৎতব হায়নবীসিংত্থু নত্ত দি পংথা থাজরোই॥

মসিমত্থু পনব য়ই॥ হিন্দুগী অচৌব পণ্ডিত কয়ান অর্জ্জুনন লৌরিব চিত্রাঙ্গদা অসি লুখ্রাবী ওইরম্বনি হায়॥ গন্ধর্ব্বদ ওংলুবগ লুখ্রা ওইত্থুন লৈবনি হায়ন তাকই॥ মহাক্ল অর্জ্জুন্দ লুহোবত্থু মরম অসি লৈবন লুখ্রাগী খুংহোংদ বিধবা বিবাহ তৌবনি হায়রি॥ অত্থু ওইরবদি চিত্রাঙ্গদাদি তুমন তারে॥ কংলৈপাক অসিগী ঈপানাৎ ঈপুনাৎকী চৎনবিদদি তুমন্ন (লুখ্রাবীন) পোকপ মচা নুপান কংলাগী পিবা ফম কাবদি চৎনরক্তে॥ তৌহৈখিব্রব ৱানি। কম্বাম্নোন্দ চৎনরকত্রব, হৈজিংপোৎ পুবগী মকোক চিংলীফাওব তুমন ওইরবদি য়াখিব্রব অসি হাইগৎত্থুন কাম্নগ নোংগাগ্রব বভ্রুবাহনবু চে মথক্তদ ওইরবত্থু নিংথৌ ওইবিবদব য়াদ হায়ত্থুন চিংথরুবসিদি মীহৌরোন ওইবদি যারবোইদবনিম হোৎনচমন মাংখিদনব ফিক্মন দ্রামা ওইন অদুম উৎহৌরসনু।

---

# (i) জৈমিণীগী মহাভারত মতেকপু নৈনব

হিন্দুগী ফাওরব পণ্ডিত জৈমিণীন খ্রিস্তগী চহিরোন ৫ শুবগী মতুংদ মহাভারতকী পুরানবু তাংকক অম সংন্তুন ইথোক্লম্মী। মতুবু য়াম্ন খিজিনব ফাথিবসিংন "জৈমুণীয়াশ্বমেধপর্ব্ব" হায়ন খঙনৈ। মহাভারতকী অশ্বমেধ যজ্ঞগী মতাংবু মণীক চুম্ন সিং-খাহুন চাউন লেংলমখ্রব সংস্কৃতকী লাইরিক্নি। হৌজিকতি জৈমুণীয়াশ্বমেধপর্ব্ব অসি লোল কয়াদ ব্রাহনথোক তৌহন লোংনখ্রে। জৈমিণীন অর্জ্জুনগী অনিশুব মণিপুরদ লাকপগী খোংচৎ অসি য়াম্ন শুগাইন হায়। যজ্ঞগী সগোল অসিগী ভুং ইন্দুন মণিপুর লৈপাক অহুদ চংলকপদ মণিপুর বৌব লৈপাক অসিদ লৈরম্ব মওং মতৌ অহু য়াম্ন সাংন থাই। সিংথ ব অহুদ অমুম্ন হায়ঃ—

"রম্যং মণিপুরং নাম বাভ্রুবাহন পালিতম্।
নরাঃ সত্যব্রত্য যত্র নার্য্যশ্চ পতিসেবকাঃ॥
বেদার্থ সাস্ত্রনিপুনো ভ্রাত যত্র মহাজনঃ
চিন্তনং বাসুদেবস্থ নান্যাং চিন্তাং প্রকুর্ব্বতে॥

(জৈমুণীয়াশ্বমেধপর্ব্ব)।

শ্লোক অসিদগীসু অর্জ্জুনন শুংলরিব বভ্রুবাহন্ন পালব মণিপুর অসিদ লৈরিব লৈপাক মচা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণ বসুদেবদ মপুক্লৎ খুম্না, কৃষ্ণবু নিংই হায়বাদ তাক্লে। চন্দ্রনাথ বাসুন খোরিজজহন্ন পুখোক্লব জৈমিণীগী মহাভারতস্থু অমুম্ন অমুম্ন পল্লি—

"মণিপুরের লোক মাত্রে বাসুদেবে একচিত্ত......॥

মণিপুর অহুদ লৈবক্ন মীপুম খুদিংমক্ন বাসুদেব ( শ্রীকৃষ্ণ ) দা পুক্নিং লুপ্লম্মী হায়বনি ॥

অতৈ অমুক পল্লুত্রবস্ু রাহৈ থরসিন অর্জুনম চংখিব মণিপুর অসি কংলৈপাক অসি নত্তে হায়ব তাকই। লমদম অসিদ তসেংন বাসুদেব ( শ্রীকৃষ্ণ ) লৌখৎতুন গোবিন্দ লিং-খিবসি ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী হাকথক্তনি। মসিগী মমাংদ চংলকপ রামান্দি লাই ফাওবদ খ্রিঃ ১৭০৯ গী মতুংদ পামহৈব হাকথক্ত থোকখিবনি। মতৃগী মমাংদদি কংলৈপাক্ত লৈরিব কংলৈচাসিংন্দ স "মহী লাইনিং চৎলম্মী, "হুং-নিং" সোক্লম্মী। হায়রিব পামহৈব হাকথক্ত সান্তদাসব লৌতুনতুন পুয়া কয়া মৈ থাদোকপ্রব মতুং-দত মীয়ানসিংগী লাইনিং চংলকখিবনি। মসি তসেং তসেংলোন খুৎসম য়াওদব লমদমসিগী মীহোৎলোননি। মহাভারতকী মতমদ কংলৈপাক্ত মীপুম খুদিংমক কৃষ্ণ নিংলম্মী হায়বসিদি মংদ মংগ্রা তানবগী রারী মতুন অতৈ করিমত্ত ওইব রারোই।

রামান্দি লাইনিংন অহানব ওইন কংলৈপাক্ত চংলকখিব মতমতুদ হাংকে-তুশকে ওয়ব 'লাইদ লাই ওইন' থমরম্রিব নিংথৌ পামহৈবগী মাংদ লক্লগে হায়ন লক্লরম্ব ওইনাম মরৈ, নাওরোইবম চাক্র হায়তুন মীহোৎলোন্দ অথৌব অহন' কয়া লৈর। অমুক গৌড়ীয়া সম্প্রদায়বু ভাগ্যচন্দ্র হাকথক্ত লিংথৎনব হোৎনবদ নিংথৌন মংজাও ময়াম, মংদ থোরকপ গোবিন্দগী সক্তম, মংদ উব বাস লীলা, তেথাওগী সামু অথক্ত উব গোবিন্দগী সক্তম—ময়ামসিন পুলেগ মংদগী প্রোকপ মংগী গৌড়ীয়া সম্প্রদায় লিংখিবগী রারী— থাজগে হায়রবস্থ থাজদোক্লই হায়রবস্থ ওরাং নহাক্ত ওইরি। মসিবু লোংঘ্রোম হাইগথক্ত মহাভারতকী মতমদ থাদগনি হায়বসিদি —মথু [illegible] রারোই।

হৃদজিন হনজিন লুমহন লাল সোক্লবগী মায়োল থরীক থুনা পিরি। শ্লোক মতেক অমত্তং লৌথৎলগ মুংঙাইগান:—

"ততশ্চকার বিদ্রোহং মণিপূরপতিং প্রতি।
মানহীনো বভুবাহত স্তাড়িতশ্চ গণৈঃ সহ।
অতস্তু সমরং ঘোরং চকার হি পুনঃ পুনঃ।
যুদ্ধব্যায়নিমিত্তং তদ্ ভূপতিঃ শেনবংশজঃ

(বল্লাল চরিত)।

বেঙ্গলগী নিংথৌ বল্লাল সেনগ মণিপূরগী নিংথৌগ লান সৌকনে, মতুদ বল্লাল মনন থিন মাইথিরে, মহাকী তংগোলগ পুন্ন তকথোরকই। মুংঙাইমন্দহুল বল্লাল সেন নিংথৌদি মণিপুরদ তোয়ন তোয়ন লান্দাই। অহুনদি বেঙ্গলগী য়েনথাদ মণিপুর অসি অহুম লৈমিনরে। সেল পুরপ অয়ুকপ হেক মণিপুরদ লান্দারকই।

হৌজিক্তি মহাভারতকী মণিপুর অসি মসক সেংলে। হৌজিকদ নত্তব মণিপুর'দ মসান কলিঙ্গগী মণিপুরদ তারে। চৈনারক ময়াম অম লান্নগ চীং তুরেল, সমুগন্দা ময়াম লৈব মায়াকগী উমংশিং লান্নগ, চাংলোন ১৪ মা কোরহুন লৈরিব কংলৈপাক অসিদ তোয়ন তোয়ন লৈহাক লৈতন লাল তাই হায়বদি মাসী মুংঙাইনব তারে. মীহৌয়োনগী লামাইদি ওইব লায়োই।

কংলৈপাক অসিগী মীহৌয়োন ইয়িব পুয়া অমতদগ বেঙ্গলগী নিংথৌ বল্লাল সেন্ন তোয়ন লান্দাবগী মাসী লৈহে। কংলৈচাসিংদি মী'হৌয়োন ইবদ কাওরিবনি। ত্রিপুরগী মমাংলগী ওসিফাওবগী নিংথৌয়োনসিং লৈরি। মতুংগী হেন্নোনগী চীং অমমমগী চীংগোইয়োন, লম লমগী লম্বংলোন; হুনাক অমমমগী হৃমদাব পুয়া, সাগৈ অমমমগী সাগৈয়োন, য়েক সলাইদা নকী

নিংখৌরোন, অমদি পীরোন, মরু ওইব মী অসমমতগী ম্রাগী, খুনথোরকপসিংগী মীহৌরোন, নোংচুপ হারম নোংপোক হারম —পুমমক অসি উরবদি ভারতকী মমুংদদি মীহৌরোন কুপ্প থম্বসি কংলৈপাক অসিন খ্বাইদগী হেন্না অসিংখ্ব লৈপক অসিদ বঙ্গাল সেন নিংথৌন ভোয়ন লাল তাবগী ম্রাগী য়াও-ত্রিব অসিদি মতমচুগী মণিপুর অদু হৌজিক মণিপুর কৌরিব নোংপোকলম অসি নত্তুন ইরমদবনি বঙ্গলচরিত অসিদি থোক্ৰুখিব্ থৌথোক ইরিব মীহৌরোনগী (ইতিহাসকী) তাং-ককনি। করিমত্ত চেম্রব ম্রাররোই। পাংসং সংলে "অদুবৈগী কংলৈপাক মনিপুর নত্তে।"

---

# ৭

## কংলৈ-ঈয়েক্ত ইরম্ব

## লাংগোই সগোল থাবা (অশ্বমেধপর্ব্ব)

(মীতৈময়েক্ত ইরমরু মণিপুর নত্তে তাকচব)

ঈনিংথৌ ঈবুংঙো মধুচন্দ্রগী সনা হাকথক্ত খ্রিস্তগী ১৯ সুব চহিচা চংলকপদ কংলৈ-ঈয়েক্ত (মীতৈ ময়েক্ত) মহাভারত পুরাণগী "অস্বমেধপর্ব্ব" অসি হন্দোকুন ইরম্মী। মতাংসিদং লৌথকলগ "লাংগোই সগোল থাবা, হায়ন মমিং থোন্দুন কংলৈ পুয়া মরক্ত তিনঝল্লম্মী। কারগী তিনঝল্লংনো হায়বহৃদি ক্বাংদাংব অম পিদে। ঐথোয়ন থওব হায়ববু থনগৎত্তুন

কংলৈলোলদ হন্দোক্লগ কংলৈ-ঈয়েক্ক ইপোক্লম্লিনবতেক অসি মহাভারতকী মণিপুর অমুদ থোকাখ্রে অর্জ্জুন বভ্রুবাহনগী লালগী ৱারীনি হায়বসিনি

"লাংগোই সগোল থাব" হায়বা লাইরিক অসি বঙ্গ-দেসকী গঙ্গাদাস সেন হাংবদুন বেঙ্গলী লোলদ ইরম্ব অশ্ব-মেধপর্ব্বদগী হন্দোকপনি॥ গঙ্গাদাস সেন খ্রিস্তগী ১৮ সুব চহি চাদ পোক্লখি। ষষ্ঠীবর সেন মচা নুপানি। ১৯ সুব চহিচা হৌগংলক্লকপদ থাকচোমচা ঘনস্যামনা মতেংলোক্লদ ৱাহন্থোক পিরগ কংলৈ ঈয়েক্ক লোংজমনা প্রস্থরামনা হপোক্লম্বনি। চিরোমচা অভিমন্যু, ওইনামচা নবস্যাম অমস্তুং রাহরোকপমচা গংগাচরন-নচিংব লোইসং সমৱ কয়ান মতেং পাংলগ লাইরিক অসি ইথোকহল্লম্বনি। পেনাগী ঈসৈদ চকপ য়ানবব কংলৈচাসিংদ ৱারী অসি তোয়ন তাহনব য়াননব, সন্দোক্লব —পেনাগী সৈরেং সাদোকপা য়াননব পেনা লোইসংগী মাংবমচা অভিরাম অমদি হিতমচা মদন অমিনচিংব পেনা থোগনবসিংনস্থ হন্দোকপ অসিদ মতেং পাংখি

লাইরিক অসিদ পার্থ অর্জ্জুন তেনহৈবন য়োক্লই হায়রিব মহাভারতকী মণিপুর অসি তোয়ন তোয়ন পল্লি॥ ৱাহৈদোক পোলোই অমদি য়াম্দ বর্ম্মাগ তাইনরিব ওরাংত মমিং ওনখিব মনিপুর অসদ থোকাখব ৱারী হায়বাস খরব য়াব ৱাহৈ অমফাওব পল্লমদে। মীতৈময়েক্কী মহাভারত মতেক অসিদ অর্জ্জুনন চৎলি হায়রিব মণিপুর অসি মফম অসি নত্তে, য়াম্ন লাপ্প লৈব লম অমনি হায়বগী থুদাংঙাক্কনা মপুক চোম্ন য়াওই॥ লৌখৎফম থোকপ খব গথোমন নৈনব মতিক চাই— ইরি:—

মতাংদিদ পল্লিব কোম্নবী উলুপী গায়বীসি অনন্ত শেষ নিংথৌগী মচানুপীনি। আনন্ত শেষ নিংথৌগী মচানুপী উলুপীবু মীতৈ কোনুংদ য়োকতুন লৈবম্মী হায়বসি করিগুম্ব পুয়া পুরারী অমত্তদ লৈত্রব য়ানি

লাইরিকশিন তাকশি ঋষি, যজ্ঞ, কান্তিৎ কৌব সেনাপতি অসি অর্জুন থুংলব বভ্রুবাহনগী মণিপুর অহুদ মমিং চৎন লৈরম্মী সদানন্দবা ডুসার্বি মুসারি. ডুমা ডুমি কৌব পুং ময়াম অসি য়েংরম্মী পুযাকসি ইম্ফালদ হৌজিক কাওবদ তানদ্রিব ডাক্তনি।

লমদমতুগী টাকনসি সিংথারকপদ মরুওইব উচেকতি চেকনিংথৌ কোকিলনি। হায় ঃ—

"কোকিল চেকনিংথৌনাচংব
চেকলা পঙইনোই পাম্বী মশীসা
লাংগোই মগোল থাবা)।

অস্নুম থাবাসদা মহাভারতকী মণিপুব অহুদ কোকিলন মরু-ওইব উচেকি, মহাক্ত উচেকনিংথৌন হায়বাস থঙ্ণ। কংলৈপাক অসিদদি কোকিল পাণ চেক অসি মণ্ডলন মসক থঙদে। মপান্দ চৎলুব মীনবা অহুক মমিংদ শাযরবদগী হৌজিক্ক থব মমিং তাকুবতি লমদম আসগী ঈসিং তুংসিংক চাম্নব উচেক নত্তে, কারণ লৈহল্লবস্থ অহুম হুও থব খংলোই। সিরোই লিলী কৌব সিরাই চৌগী লরান কদংদসকী মণিপুরদ হৌত্রিব অদিগুম্বনি সমন হায়রবদ কোকিলন উচেকী নিংথৌ ওইব লমহুদি যামত্রবদ কংলৈপাক অসিদি নৎত্রে।

মভাংসিদ পাগৎচাউব কংলৈচা থরন হায় — অদুদি মহা-ভারতকী মনিপুর অদু ঐখোয়গীসি নংত্রবদি কদাইদ চংলগ তারু‌গনি? মীন হংলক্লবদি? মতুদ ঐখোয়ন হায়গনি -- আ; আঃদা! ছুসরি, মুসরি, ছুমা ছুমি লৈকমতুদ -- কোকিল য়াম খোংবত্‌দ — পথি, কাঙ্‌তিং, মজ্ঞ সেনাপতি পোককমতুদ -- অনন্ত শেষকী মমোম উলুপীবু য়োক্লমতুদ — আঃ তুদনি। ইকাল কে কুংদি মফমতুদগী য়াম তাম লৈ। মফম অসিদি সলাই ৭ কী পুংকাকস্ত পাথংবন ওইবনি। কৌবরুন লেমফুনি লোকতাকন ফম্বী ভেংকোং ওইবনি। মহাদেবন সেমত নত্তে। থাংজীংন উফম ওইরগ লোক্তাক কুংসেল ওইবনি। আঃ পীদ্‌ নত্তে।

— ——

## ৮

## মহাভারতকী মণিপুর য়াওব পাকল'সং (মেপসিং)

(মণিপুব য়াওব অবির ভারতকী মেপসিং থানমন য়েংব)

ভারতকী সক্লাইব পণ্ডিত শ্রীণগেন্দ্রনাথ বসুন মাগী "বিশ্ব-কোষ, ণবম ভাগ" অসিদ ইন্দিয়ান আর্ত কতেজ না য়েক-থোক্ত্‌ন মহাভারতকী মণিপুরবু তাকই। লাইরিক অসিদ য়াও-রিব ভারতকী অরীব পাকল (মেপ) অসিদ মহাভারতকী মণিপুরস্থ য়াওরি। ফাণিব অসিন মহাভারত পুরাণদ পায়ব মণিপুর অদু কলিঙ্গ (ওরিষা; লৈপাক্ত পনজামগীন নোংচুপ

পাংন লৈ হায়ব ত্তাকই। পাকল অসি নৈনব ফুংঙাইনব মখাদ পিজরি ঃ—

'প্রাচিন দাক্ষিণাত্য'

( বিশ্বকোষের জন্য শ্রীনগেন্দ্রনাথ বসু সঙ্কলিত ॥ )




শাল ১৩০৫। বিশ্বকোষ, নবম ভাগ -- Book. No. 51888, Reference Section, G, University Library.

মথক্ত উৎলিব "বিশ্বকোষ, নবম ভাগ" কী পাকল অসিন মহাভারতকী মণিপুরবু কলিঙ্গদেশকী মহুংদ উৎলি। সমুদ্র মপান্দগী খজিক হাইগৎলগ লৈ। মহেন্দ্রপর্ব্বতকসু নক্লে। অহু ওইরবদি মমাংগী আদি পর্ব্বগী শ্লোক অহু নিংসিংফম থোক্লে :-

"মহেন্দ্রপর্ব্বতং দৃষ্ট্বা তাপসৈরুপসোভিতম!
সমুদ্রতীরেন শনৈঃ মণিপুরং জগামহ ॥"

লাইনিংবসিন লৈদুনা নিংথিরবা মহেন্দ্র চীংসাং উরে, অদুদগী অর্জ্জুনন সমুদ্র মপানলোমদ লাক্তুনা অমুম মণিপুরদ থুংখি হায়বনি। অদুনদি পাফল অসিদ তাক্লিব মণিপুর অসিসু সমুদ্র মপান, মহেন্দ্রপর্ব্বত অমদি কলিঙ্গবু থাদোক্কে।

খ্রিস্তগী চহিরোন ১৯০৮ দ য়েক্লম্ব মহাভারতকী মণিপুর য়াওব পাফল অমসু পন্দব য়ারোই। পাফল (মেপ) অসি বেঙ্গল তেক্নিকেল ইন্সতিত্যুৎ — কলকতাদ হায়রিবা চহিসিদ য়েক্লম্বনি। ভারতকী অরাব মেপ অসিদ শ্রীরামচন্দ্রন রামা-য়ন্দ অযোধ্যা দেসতা সেতুবন্ধ নাকন্দ লঙ্কা য়োনবন চংপগী লম্বী য়াওন মরীক চুম্ন তাকই। খ্রিঃ ১৯৬১ দসু মেপ অসি শুখদেব ন অমুক রিপ্রেস তৌথোকখি। "পৌরানিক ভারতবর্ষ"গী পাফল অসি কৃত্তিবাসন ইরম্ব রামায়ণ অমদি কাশীরামদাসন লেংব মহাভারতকী শ্লোকসিংন পিবলম্মীৎ-তুমিৎসিং অদুগী মফমসিং অরীব ভারতকী মেপত তাকতুনা যেকথোকপনি।

নৈনব থুদোং চাননবগীদমক্ত বেঙ্গল তেক্নিকেল ইন্সতিত্যুৎকী মেপ অসি মথাদ উৎচরি।

মথাগী পাফল অসিদসু মহাভারত পুরানগী মণিপুর অসি কলিঙ্গদেসকী মনুংদ অদুম লৈ। "বিশ্বকোষ, নবম ভাগ" তা লৈরিব কালিঙ্গনগর অসিগী মপাদ মণিপুর অসি অদুম উৎতুনা তাকলি। মসিন কলিঙ্গদেসকী মনুংদ লৈবত নত্তুন সমুদ্র মপান অমদি মহেন্দ্র পর্ব্বৎপুসু থাদোক্লদে। মেপ অসিনসু কংলৈপাক কৌব মফম অসি ভারতকী মনুংদ চল্লমদে হায়বদু




**Retraced from the outline of the map reproduced from the Survey of India**

**Map No. 2498 HD'70-1000-500'72,1500'74**

সেংন তাকই। ভারতকী মপুং চন্দ্রমদব হোন্দাখ্রিব সরুক কংলৈপাক্কী লমদম অসিবু মতমতুগী হিন্দু পণ্ডিতসিংন "স্বর্ন ভৌসক" নত্রগ 'স্বর্ন ভুমি'=সনা লৈপাক হায়ন খঙ্‌নরম্মী ব্রাকম অসি মথক্ত উংঙিব অরীব ভারতকী মেপ আসনস্থু মযেক সেংন খঙ্‌হল্লি।

খ্রিঃ ১৯৩২ দা ফোংব 'ওক্সফোর্দ পিক্তোরিয়েল দিক্স-নারি ওফ ইন্দিয়ান হিস্তরি" দস্থ মহাভারতত যাওব অর্য্য-সিংগী লমখ মপুংদ লৈব মণিপুর অমসু কলিঙ্গদেসকী সমুদ্র মপান্দ লৈবনি হায়গদবু তসেং তসেংন খিন্দুন তাক্লি। মহুদ য়েক্তুন তাক্লিব মেপ অমসু মখাদ উংচরি:—

খ্রিস্তগী মমাং চহি ৬০০ কী ভারতকী অবীব মেপ




Oxford Pictorial Dictionary of Indian History
1932 : Second Edition, Page-5.

মথক্ত উৎলিব ভারতকী অরিব মতমগী পাকল অসিদসু অর্জ্জুনন চৎপ বভ্রুবাহনন নিংথৌ ওইব মহাভারতকী মণিপুর অহুদি তসেংন কলিঙ্গদেসকী রাজধানিনি হায়ব উৎলি। মম হায়রবদ পুরান অসিগী মণিপুর অহুদি কলিঙ্গদেসকী মমুংদ লৈ, মহাক সমুদ্র মপানগসু থাদোক্লব য়াদে, মহেন্দ্রপর্ব্বতগীসু লাপথোক্লব য়াদে। মতমহুদ কংলৈপাক (হৌজিক মহাভারতকী মণিপুরহুনি হায়হুন মণিপুর কৌরিব) লমদম অসিদ ভারতকী মমুং চল্লমদে অর্যাগী লমখৈগী আঃ রাংমদ লৈ হায়বহুসু অহুম্মক য়েপসিদ উরে।

মতমহুদদি দিগ্রি অমদি মাইল কিলোমিতরগী লমজৈ থাহুন ওয়নবগী অরেম্প কাংলোন চৎনরমদবগী মতেক খজিক খরাক পৈথোক পৈসিন তৌরবতানি। বভ্রুবাহনগী মণিপুর অহু কলিঙ্গদ লৈ, সমুদ্র মপানগ মহেন্দ্র পর্ব্বতক থাদোক্লব কৈদৌঙৈদসু য়াদে হায়বসিদি সাইন্তিফিক এনালাইসিস (বৈজ্ঞানিক বিশ্লেষণ তৌহুন য়েংলব মতুংদ ভুগুন লৈখ্রব রাফমানি। অসিফাওবদ সান্তদাসতগী লাইনা চংহৌহুন কংলৈপাক অসিনি অসুম হায়হুন লৈরবদি নৈন-মীকমদ য়াওবগী মহুৎত লাইনাহু লাইয়েংনব হোৎনবন করগদরা খনজৈ। অর্জ্জুন নোংগাখে, অযুক্তগ লেংলকখো হায়ব য়ারুরোই।

কংলৈপাকীসু কংলৈ-কোমুংগী পাকল (মেপ) নিংথিন য়েক্তুন থম্লম্মী। পাথাংকোক পুথাংকোক্তগী থম্লিব পাকলসিং অসিগী মমুংদগী 'কংলৈপাক মীতৈ ঈমফম, কংলৈ পাফল" পনবদ মতিক চায়। লমদম অসিদ য়েক্লব মেপ অসিদসু কংলৈপাক অসিদ অর্য্য কাংবুগী মমি মচেৎ অমত্তু ভারমদে

হাপ্লব তাকই। (পাকল অসি ফোতো কাপথোক্লগ ল্লোক সানম হোৎনবদ ময়েক কুপমনখিত্তুন খুদোং থর চাদব থোক্তুন হাপত্রে, মথং খুৎনমদ হাপ্লব হোৎনজগনি)।

কংলৈ পাফল অসি কংলৈপাক থৌসিনকোন মা ১৯৬৪ দা মু প্রিন্ত তৌত্তুন ফোংদোকখ্রবনি। মেপ অসিগী অরাং থংব ময়ায়দ মলাই ৭ কী সংকাই ঈমফম লৈ। লাইফমদ সিতপুং, সচিকপুং, মিরেনপুং সনাপুং, তাওলোইনাই পুং, মিতমপুং হায়্রত্তুন লাইফম ১০৮ লৈরিবসিদ মহাভারতন হায়রিব তীর্থ মমিং অমত্ত য়াওদে। মীতৈলোনগী মিং মক্তনি। অহলপুং নহালুপ, থাফম, লাইফম থায়ন পীরম্লিব অসিদসু অর্যগী চৎনবী অয়েক্তুগী মমি তম্ব নত্তে। থাথোং লাইথোং, মালংথোং, ফিসুথোং, চলোইথোং, য়ামপীথোং, নুংথোং, নুংনাউপাথোং অসিনচিংব লৈরিব থোংলম অমত্তদসু অর্জুনন চৎলম্ব মগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্রতীর্থ, পৌলম তীর্থ, কারন্ধমতীর্থ, ভারদ্বাজতীর্থ, বর্গা সৌরভেরী, সমীচী, বুদ্বুদ, লতা তীর্থ অমত্ত য়াওদে।

হিন্দুসিংগী মমিং চৎলব পণ্ডিত অমত্তন য়েক্লম্ব মেপুসু কংলৈপাক অসিগী ফাথিবসিংন য়েক্লম্ব মেপুসু মহাভারত পুরাণগী মণিপুরন কংলৈপাক অসি ওইব য়াবগী মরম কনানসু পিব ঙমলোই।

(৯)

# মহাভারতপু

## যোগগী কাংলোন্দ ব্যাখা তৌব

### ( ইতিহাস নত্তে তাকপ )

মহাভারত পুরানবু যোগগী ব্যাখান থিল্লিবত্তু য়েংলবদি অধ্যাত্মিকী যোগদর্শন লিংথিন নৈনব মীন মহাভারতপু মীহৌ-রোন ( ইতিহাস ) অমনি হায়রোই ।। য়াম্না নৈনরব হিন্দুগী মাইচৌসিংন হায — আর্জ্জুনন মুপি হাকথক্কী লাইফম কোয়ব চৎপ লোই থাব অসি মীহৌরোন ( ইতিহাস ) নত্তে ।। যোগী-সিংন যোগ সিদ্ধ ওইরকপগী লম্বীবু তাকপনি হায়ন বিবেচনা তৌরম্মী ।। অদুগী সমলপ্না য়ারোল খর মখাদ পিরি ।।

খোয়দোগী মখাদ কুল কুণ্ডালিণী মহাসক্তি নৈ ।। কুল কুণ্ডালিনি মহাক্তি সুষুম্না কৌব য়াংলী লীজাওবা লোইসিল্লকপ মচীন্দ নৈবনি ।। সুষুম্না মবীবু যোগগী কাংলোন্না হোৎনবগ উমসিন্দুন নৈবিব সুষুম্নাগী মচিল অদু হাংদোক্তুনা খোয়দো মখাদগী কুল কুণ্ডালিণী মহাসক্তি অসি যোগগী কেন্দ্র মরোল ৬ তা মথং মথং থকলোমদ তম্না পুখৎলক্তুনা যোগ-সিদ্ধ ওইরকই ।। অসিগুম্ব কুল কুণ্ডালিণী মহাযোগ অসিগী সাধনা তৌনব কাং-লোনবু মহাভারত পুরাণন মীসক্ত পান্দুনা জোগগী কথাসিং লেংবনি ।।

নিংসালোন ইহুল ( প্রণায়াণ ) সান্নহুনা যোগীসিংন নাতোন্দ থাওফম ওইরিব ঈরাৎ অমসুং পিঙ্গলা কৌব সিংলী অনি অসি হৌজাকই ।। নিংসানা নাতোন্দগী খোয়দোদ, খোয়দৌবলী অমুক

মাতোন্দ চৎলিব মুংসিৎ অসিবু যোগগী মাইবরোন কাংলোন্দ 'প্রাণ' কৌই। অহুগ খোয়দৌদগী গুহ্য, গুহ্যদগী ( খাগী থোং ) খোয়দৌদ হংগৎ হনদা চৎলিব নুংসিৎপুন 'অপান' কৌই। নিংসা কাংলোন সান্নহুন (প্রণাযাম) প্রাণ, অপান কৌব মুংদ চৎতুনা লৈরিব মুংসিৎ অনি অসিবু পুনসিন্নহল্লি। প্রাণ, অপান্ন পুল্লবদ ঈড়া; পিঙ্গলা সিংলী অনি অসি হৌগৎলি। অমুম্ন ঈড়া কৌব সিংলীন হৌগৎপ-সিবু মহাভারত পুরাণন অর্জ্জুনন উলুপীবু গন্ধা মমুংদগী লৌহুন 'ঈরাবান' কৌব মচা মুপা অম পোকপ ওইন উৎলি।

ঈরাবান পোক্লগ অর্জ্জুনন মণিপুরদ চৎপনি। খোয়দৌদ লৈব যোগগী কেন্দ্র অসিবু যোগীসিংন মণিপুরক চক্র কৌই। মণিপুর চক্র অসি তাইবং হকচাংগী মযাইদ লৈব বাম্ন মরুওইব খোয়দৌ চুক ৪ ন পন্দুন লৈব মীতৈগী মাইবরোন্দ সিংথারিব মফমনি। মসিবু ইংলিসকী ফিজিওলোজিগী সাইন্সন 'এবদোমি-নেল প্লেক্সস কৌই। যোগ কাংলোনগী কেন্দ্র অম ওইরিব মণিপুরক চক্র অসিদ চিত্রা কৌব নড়ী ( সিংলী ) অম লৈ। চিত্রা নড়ীবু মহাভারত পুরাণন চিত্রাঙ্গদা হায়ন মমিং থোন্দুন মুপীগী সক্তমদ পুথোকপনি।

অর্জ্জুনন অহুগুম্ব চিত্রাঙ্গদা অহুবু লৌহুন বভ্রুবাহন পোকই হায়বদি কুল কুণ্ডালিণী মহাযোগ সাধনা তৌহুন মণিপুর চক্র হৌদোক্লগ যোগ সিদ্ধ ওইববু বর্ণন তৌহুন মহাভারতন সিংথাবনি হায়ন সাধনা অসিগী হকসেন-কাংলোন নিংথিন খঙলব পণ্ডিতসিংন তাকই।

মরম অসি লৈবন মহাভারতন রামাং য়ান্দুম অর্জ্জুন রাসক কায়বদগী ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌহুন তীর্থ চৎলি হায়থিবনি। উলুপী

লৌহুন ঈরাবান পোকপ, মণিপুরদ চিত্রাঙ্গদা লৌহুন বভ্রুবাহন পোকপগী ৱারী কয়া তীর্থ কোয়বদ য়াওরগম্মু অর্জ্জুন ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌহুন হায়বদি য়ম্বাল্লোন থাদোক্কনবা কন্বী য়োক্কতুন তীর্থ চংথি হায়ন ৱামাং য়ান্দুন ঈ। ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌবগী মহৈ ওইন মপী থিথি হায়বদি উত্তাই চাদে। যোগ সাধনাগী ঈচেল অম মহাভারতন তাকপ মরমদগী ৱাহৈগী লৈওং লৈথেংন ৱারীসিংসি লেংবনি হায়ন যোগগী বিশ্লেষণ অম পি।

মীহৌরোন ইবদ ভারত্ত ফাওরিব ঈফালদ লাকথিব দাঃ মজুমদাবনম্ম মহাভারত অসি মীহৌরোন (ইতিহাস) অমনি হায়ন থল্লবদি লানগনি হাযখি। মরম ময়াম অসিন লমদম অসিগী মীহৌরোন ইবদ মহাভারতকী মণিপর পুসিল্লুব অসি য়াম্ন অচৌব মরাল অমনি। ৱারোল কযাসি সাইদৎতুন থিবদ কংলৈপাক্তি কংলৈপাক ওইজতুন অহুম লৈ। মুকচৈগী কোচিন কোৎসিনতুন মণিপুরদ হেক্লুব য়ারোই।

## ১০

## কংলৈপাক্কী লম্মীৎলোল সেম্বজিল্লকপগী ৱারোল

( মণিপুরন চেনসিল্লকপ মমিংসিং )

খ্রিস্তগী চহিরোন ১৮ স্থব চাগী হৌগৎলকপদ সান্তদাস মহন্তপ নিংথৌগ লৌতুনহুন কংলৈপাক অসি মণিপুর হায়ন

ওস্থোক্লব ল্লাৰী লীসিনব হৌখ্রে। মতমত্তুদ লমদম অসিদ সংকুতন মমিং থোনব লম মচা অমফাওব মক্ত ইহুন তমলমদ্রি। কংলৈ-চাসিংগী মিংস্থ মীতৈলোলন লোইন কৌব লৈকাই, খুনগং, পানা পুম্নমকস্থ মীতৈলোলন লোইন কৌরগ পুম্নমকসিগী মমিং অপুনব-তুন "মণিপুর" হায়তুন সংস্কৃতন থোক্লি হায়বসি নাতে চারকত্রে। অহুগীস্থ মথক্ত মহাভারতকী মণিপুব বাস্থদেবব লাইনিং ওইনব বজ্রবাহনগী লৈপাক্তনিস্থ অমুক হায়জিনগদবস্থ লৈবনিন তসেংন ফরক তারক্লে, কোকপি ঙাওরে। লানসোম্বী, লিক্লাই কারোং, লুল্লাং, লৈমতাক ল্লাঙু, লাংমৈথেং, নোংয়াই ইরাওখু, লৈকাইপুং চজিং চাইরেন, নোংসাংখাম, নিংথৌদা, তেকচম, তেনথা, তোরবুং চেক্লাপাই, ইথাই পুনমচৌং, ঈকোপ, ঈকো হায়তুন মীতৈলোলগী লম মমিং ঙাক্তে লৈবগ ময়াম অসিগী অপুনব মিংন মণিপুর হায়তুন সংস্কৃতন কৌরমমী হায়বসিদি লকুদ লফোই পানগদবদ সামু মকোক অম পানবগুম্বনি।

সামুগী মকোক পানব লফু পাম্বী অম কলপনাগী পাংগলন য়েক্কে হায়রবদি লফুদ সামুগী মথোং-মমৈ থর অমুক সাগৎতুন য়েক-সিন্দব য়াদে। মণিপুর কৌব সংস্কৃতকী মিং অসিন মকোক পান্দুন য়েক্লিব লমদমসিদস্থ সংস্কৃতগী মমিং থোনজিনব চৌং-তুরেল, খুমগং কয়া অম লৈহম্বব হোৎনরকখি। মহাভারতকী মণিপুর অহু মালহং-মব অর্য্যসিংগী রং কৌতা অমনবদগী মচু কয়া কোত্তুন তুরী স্থব সেনরাং পণ্ডিতসিংন মণিপুর কৌব মকোকসিগী মখুৎ মসা মথোং মখুৎ কয়া য়েকথরকখি।

নোংমাইজীং চীংবু নীলকণ্ঠ গিরি গী মচুন সংজিনব হৌরকই, ফাইনেল তস ওইন বারুণী গিরি লংসিল্লি। কোংব তুরেলবুন গয়বী গঙ্গা থোনজিল্লকথি। চীংগোই তুরেলবুন উত্তর রাহিণী গঙ্গা হায়ব নাম অম কাম্মী। কৌবরু চীংলেনবুন কৌমার পর্ব্বত কৌতুন কথা চেৎকাত্তব মচু অম সংজিল্লি। মহেন্দ্রকুমার সিংহগী 'রিলিজস ইভোল্যুসন ইন মণিপুর' দ কৌবরুদ সংলিব চেৎতব মচু অতু পামদতুন থর অচেৎপ য়েংলগ কুবের গিরি কামসিল্লি। মহাক্ক লাইমতোন চীংবু বজ্রদণ্ড গিরি হায়বতুনি খঙলবসিংদ তাকপি। সংস্কৃতকী মমিং ময়াম পৈসিল্লগ য়েনথনব থম্ব রিজার্ভদ নামকৈদগী সিবগিরি বিভূতিগিরি লৌথোক্তুন তমপাক্ত লৈব চাং মচাসিংদ লাইমিং ওইন পি। হৈবোক চিংবু ভগ্নেশ্বর গিরি হায়ব নাম দিক্ক পি নুংসেং ঈকোনদন বিন্দ সরোবর হায়ন অচেৎপ মচু সংই।

থাইন থোক লীলা হায়ব সুমাং কুমহৈ অম সান্নরম্বদুদ অহন ঈভেঙো চুংথাম ঈবুংঙোহলন অসিগুম্ব সুন্দর নাম ময়াম অসিবু মীয়াম খঙনব, মমিং চৎহন্নব লীলা সান্নকম সান্নকমসিংদ লাউথোকতুন সঙ্গোল্লম্মী। থোক লীলা সান্নবদ অহন ঈভেঙো ঈবুংঙোহলন মচীন মনাও চীংলক – গিরিরাজ গোবর্দ্ধন হায়ন লাউই। লীলা য়াওব ময়াম অতুন—"গী" 'গী' হায়ন খুম্মী। চিংমৈরোং—পরশুরাম কুণ্ড হায়ন লাউথোকই। লীলা মী ময়ামতুন 'গী' 'গী' হায়ন খুম্মী। লাংজিং অচৌব— হরিদ্বার, নঙাইথরোম্বু – বংশি বোদ্ধ, সিংজমৈবু — পাল চান ক্ষেত্র অম্বমন নৌন থোনজিনব নয়ানাম ময়াম অসি মহানাম ওন্নব কয় সঙ্গোকই। অতুবু

ঈমারোল মুথৎলগ মীরোলগী মকম মরাং খঙ্দব মমিংডাক্ত থোন্দুন ঈমারোল লোনব তোক্লসি তাকপিনবস্থু লৈত্রিব মীরোল অহু চৎনরসি হায়বদি কংলৈচাসিংনস্থু খন্থরকপ অমদি হেক হেক লাকপনিন "সিংঙমৈদ চৎলুসি" হায়ব তোক্কুন নীলাচন ক্ষেত্রদ চৎলুসি হায়বদি হায়বিখিদে ।। অহুম্মক মায়থিব ফংখি ।।

লম্মাংদোংবুস্থু বীষ্ণুপুর হায়হুন অমুক কোক্কবী রং খন্দুন তৈসিল্লকই ।। হৌজিকফাওব বিসেনপুর হায়হুন খজিক রাউ-থোক্লরগস্থু সংলম্থ রং অচেৎপি অহুদি ওকাক্লোর। পণ্ডিতরাজ আতোম্বাপু সর্মাগী লাইরিক সংন হায়। লোক্তাক ময়ায়গী থাজ-চীং অসি দ্বারকা নি, দ্বারকা হায়বদ লৈয়েং ফেৎলৈনবদগী থাং-কা হায়খিবনি। ঈমুংদফাওব চংলক্কুন সংস্কৃতন ফুঙ্গাদ মৈ তিক্লখি ।। ফুঙ্গা লাইরুদ ফমদুন ফুঙ্গাদি ভর্গ সব্দদগী থোকখিবনি ভর্গদেব হায়হুন ইমোইমু অহোংবী অচাওবী তচি তত্তবী অরাই কংদবী ঈমাগী চেং-চাক অথেনপোৎ কংদ ভর্গদেব লাক্কুন চারবে ।। পাতাল হায়ব থোক্কহুন পাৎ কৌবনি হায়হুন পাৎকী ঈসিং মথক্কফাওব পাতাল কৌহুন রং অথাব থোমজিল্লি ।। ফুল্লো হায়ব লম্বুস্থু ভুর্লোক হায়ব সংস্কৃত সব্দ অহুনি হায়হুন ফুল্লোবু ভুর্লোক ওম্লোকদ অসি পণ্ডিতরাজতা নত্তন রাহেংবম যুমজাও পণ্ডিৎনস্থু "দি অরলী হিস্তরী ওফ মণিপুর" দা ইরি। পণ্ডিত যুমজাওবু পণ্ডিতগী গুণ হেনজিন্নক্কুন হৈব হেন্নগংলকপদগী ইবেম্মা=পেমা হায়ব রাহৈ অসি "প্রেম" হায়বনি হায়রকখি ।। "সুরেন্দ্র" হায়ব সংস্কৃত সব্দগী "সোরারেন" ওইখিবনি হায়রকখি। হৈর হৈবব পণ্ডিত ময়াম অমন হাওবম মরক অসিবু কাম্য বণ কৌগদবনি

হায় ।। থোক লীলাদ হাওবম মরক — কাম্য বণ হায়ন লাত্তরগ 'ণী' 'গী' খুমহল্লি ।।

হিয়াংথাং লাইরেম্মাগী খুভম হিয়াংথাংবুস্থ কামখ্য হায়ব নাম অম থিনগৎলি, হৌজিকফাওব মচু কোকত্রি। মোংবহনব উমংলেনবুন মহাবলি, হনুমান ঠাকুর হায়ন হৈয় হৈরবসি ন থোনবিখি ।। নোংমাইজীং চাংখোংদ লৈব কম্বোংপুৎ কৌব মফম্বুন বারুণী মখোংগা গৌরনগর কোথরে ।। সংস্কৃত মিং ময়াম অসি বেঙ্কতগী সেনথং পিথরকপ দানমণী মরী পিথরকপ অসিদদি মামং লোথা কাংবুদি থর কামজবস্থ য়াংগ্রে ।। মহাভারতকী মণিপুরগী য়াখল তৌরুবগী মিং পাংথোরকপদ সংস্কৃত মিং ময়াম অসি লৈরম্বত্রদদি মিং থকপ কাংবুদি উকফচাবীন য়াপ্নদ তোংলগ খোংলকপদ 'কোকিল ডসেংন খোংলেনা" হায়খফাওব য়াওরকখি। মহাদেবন সেম্মী হায়রিব মণিপুর, দক্ষপ্রজাপতিগী মমোম সতীগী মেথলী দেশ অম অচুম্বা মাল্লকই ।।

মমৈথংদদি মণিপুরদগী লোত্নুন 'পুর' তানরক্লে ।। চুড়াচান্দপুর, লংহিপুর, কাঞ্চিপুর, ব্রহ্মপুর, বিষ্ণুপুর থোরকখি ।। অস্থুম সংস্কৃতন মিং থোল্লিবগী লাইথুং অসি হৌজিকফাওব কোক্তব য়াওরি ।। মোয়ে কৈথেল ফাওবদ প্রেমনগর — থুংসি লমদম হায়ন কোথংনরক্লে ।।

অদুবু সংস্কৃত মমিংসিং অসি কংলৈপাক্কী মীহৌরোন ইরিব অয়াব লাতমসিংদ অমত্ত লৈরমদে ।। অদুগীম্ব মথক্ত লংঝলক্লিব মমিংসিং অসিগী মমাংদ মীতৈলোলগী হৌরকফম মমিং অমমম লৈজে - নমহৎপ উমদে ।। মহাভারতকী মণিপুর অদু ওইরমদব অসিগ ঈরোইনন মমিংসিং অসিস্থ অস্থুম মসি: সা: মখিব তাবনি ।। হৃজাম মক্ল য়োমব মিথাইন অস্থুম তুমথ্রগ

থাম য়াম্রব হঙ্গাম মল্ল অমথক লেমহৌবত্তুগুম মতমগী ঈপাক্ত অমুক নূপথখিব তাবনি। য়াম্ন কন্ন ভাক্রাবস্তু খরুং মফম চাদবত্তুগুম মহাভারতকী মণিপূর অহুস্থু রায়েৎ খজিত্তুংন ভাক্রবদ আ: কলিঙ্গদেশ য়ৌন তুথখি। লম মমিং খর হোংদোকপদি ইন্দ্রপ্রস্থ অমদি হস্তিনাপুরদ লৈব অর্জ্জুনন থবক চিল্লি হায়তুন ইস্কালদ লাকউ হাযব যারেরাই॥ চীংমৈরোংদি চীংমৈরোং অহুম ওইজবুনি অমুক "গিরিজার গোবৰ্দ্ধণ" ওইহন্দুন অর্জ্জুন চিত্রাঙ্গদাগী শয্যা সেম্লুব য়ারোই॥

লাইনিং লম্বী সন্দোকে হায়রবদি মীওইব পুন্নমক অমত্তনি খনব হৈগদবনি বুদ্ধদেব জিসু খ্রিস্ত, হজরত মহম্মদ, ভগবান মহাবীর পুন্নমক নাইনিংলম্বী সন্দোক্লবগাক্তনি॥ মথোয়ন

অতোপ্ন ফুরুপ অমগী পুয়া মৈ থাদোক্তুন নপানাৎ নপুনাৎ মাংহল্লু হায়রম্ব লৈতে॥ মীবু নমফুদ ভোং খোমত্তুন মপা নপু মাংহল্লুন ধৰ্ম্ম সন্দোকউ হায়ব লাইরিক য়াওরম্নবাদ লাইরিক অহু মতং মতং থদংত্তুন চাক থোংবগী মৈচাক ওইথোক্কদবনি॥ অতোপ্ন ফুরুপ্লু তাখি কল্লকপ সাস্তদাস মহত্তগুম্বন মপোকজিমগী যান ভৌমিল্লতুন সোঙ্গিব শ্রীরামবু কংলোই। মীগী মপা মপুগী মনাৎ মাংহন্নব খল্লিব মী অহু পণ্ডিত লিসিং অনগী মিংথোল ফংজরবস্থু য়ামান্দি লাইনিংদ রাম কংলোই, সৈবিজমগী মমুংদ সিব কংলোই, সাক্তগী মমুংদ সক্তিন কাওথোয়ল্লগদব কাংবুনি, বৈষ্ণবীজমগী মমুংদ মপোকতুদ শ্রীহরীবু কংলরোইদব জীব ওাক্তনি॥ মালেমসিদ মিনম্ববু য়াব ধৰ্ম্ম লৈতে॥ কাংলোন চুম্ন লাইনিং চৎচববু কনানস্থু মালেমসিদ য়ারোইদব লৈতে॥ লাইনং লম্বী হায়বসিদি মীওইব পুন্নমকানি, লোইফম অমত্তনি॥ ফুরুপ অমগী মাহৌরোন মাংহল্লগ সাগৈ সলাই মফম মরাং

খণ্ডহন্নগ অতোম্ব অমত্ত মাইকৈ অমদ পুনিং পুনিংব মওংদ পুব য়ানব পুকচেল য়াম্ন থুন পিক্ত হোৎনব হায়বসি মালেম-সিদ লৈরিব লাইনিং লম্বী অমত্তন য়াদে। চহি ১০৬ লাই নিংলগ য়ুম্মাং অমুক্ত হায়দোকই শায়বসি কাউরোইদবনি॥ অয়ানব অমবু চহি ১০০ চনা সেমগৎলগ চুম্নকপ য়াদ লাক্লিব মী অহুন লাক্লুরে হেক হায়রবতদ অচুম্ব হ য়খঙ ওহ॥ অয়ানবদ কম্ন হোৎনব হায়বহুন চুমথৎহনব ওয়েংল্ল চুমখোকপ অহুগী মনুংদ কংলৈপাকী মাহোরোন নৌন ইথোকপ হায়বসি তৌদব-য়াজব অমনি॥ অমুক সেমসিনব হায়ব অম লৈথ্রবনিদ চুম-থোকপ হায়ব অম তৌত্রিবমখৈ অহুম লাক্লবনি। চুমথোকপ অসিদ খুমাখিব "অহুইঙগী কংলৈপাক অহু মণিপুর নত্তে" হায়বসিন য়ুম্নকম হোঃ রগ মাহোরোন অমুকহন্ন ইগদবনি॥ সেমজিনখিব অহুদি হন্দোকফম থোকপনি॥

মহাভারতকী মণিপুরদি কলিঙ্গ (ওরিষা), বেঙ্গল অমদি অঙ্গদেশ (বিহার) অহুম আসিগী মনুং অমসুং অকোইবদ "পুর" তাব লম ময়াম অম লেরিবসিগী মরক্ত খিগদবান॥ "পুর" তাব লমদ নোংপোকলিদদি অমত্ত লেরমদে॥ "পুর" তাবগী চৎনবী আসি মহাভারতকী মণিপুর তহুগী অকোইবদ অয়াম্ব লৈবনি! মণিরামপুর, মৈনপুরী, জঙ্গিয়ানপুর, খা পুর, শিখারপুর ফাড়িদপুর; দিনপুর মহেসপুর, ফটেহপুর, কামদেবপুর, উজ্জল-পুর, রাজপুর, রাধাকান্তপুর, দৌলৎপুর, আলিপুর, মিরপুর, ঢেঁকিপুর, জামদমপুর গরিবপুর, বসন্তপুর, রহিমপুর, মুকুন্দপুর, রঙ্গপুর, শ্রীপুর, কোতচান্দপুর টাহেরপুর, কমলপুর, মেহেরপুর, গৌরিপুর রাধাকিশোরপুর, জয়পুর, ফেরোজপুর, রুপশপুর, সম্বাল-পুর, সুলতানপুর, টিরিজপুর, রঘুনাথপুর, জয়ন্তিপুর, মহারানপুর,

রামপুর, সীতাপুর, লখীমপুর, কানপুর, শিদপুরী, সাহজহানপুর, হামিরপুর, জৌনপুর, গাজীপুর, মির্জাপুর, ছত্তরপুর, জবলপুর, নরসিংহপুর, বিলাসপুর, মজফরপুর, ভাগলপুর, জগদলপুর অসিন-চিংব পুন্নমক ওবিবাগী মণিপুর অদুগী অকোইবদ লৈবগাক্কনি ॥ মহাভারতকী মণিপুর অদুসু মহাক্কী মতারোইসিং অসিগী মরক্ত অদুম লৈজবনি ॥ সংস্কৃত মমিং থর ফোংদোকপসিন বভ্রুবাহনগী মণীপুর অদুগা মতারোইসীং লৈতব কংলৈপাক্ত লাকউ হায়বসু য়ারোই ॥

## ১১

# কংলৈপাক অমসুং মাগী কোরক থারী

### (১) লৈয়াং অমসুং লমথৈ

হৌজিক্ত মহাভারত্ত য়াওব মণিপুর অদুনি হায়দুনা মদুগী মিংদগী লৌদুনা কৌনরিব "মণিপুর" হায়রিব লমদম অসি থাই-নদগী "কংলৈপাক" হায়না কৌরকই ॥ হৌজিক মণিপুরনা কৌরিব লমথৈ অসি থায়নগী কংলৈপাক কৌরিবগী লমথৈদগীদি য়ামনা পিক্কসিল্লে ॥ হৌজিকী মণিপুর অসিগী লমথৈ অসি দিগ্রি ৯৩° ৯৪°৪৭' (লোঙ্গিচুং) অসিগী মনুংদ গ্রিনবুইচকী নোংপোকত লৈ॥ ইকুরেতরগী অয়াংদন লেতিচুং দিগ্রি ২৩°৫০' অমদি ২৫°৫১'গী মনুংদ লৈরে ॥ স্কোয়ার মাইলদ ৮৬২৮ লোম কয়ি ॥

কংলৈপাকী অরিব মতমগী চেরোলসিংদদি য়াম্ন হেন্ন পাক চাউরম্মী—নোংপোক চীন অমস্তুং সর্মাগী লমথৈ সোকই, বর্মাগী লম মনুংদসু থাগ্নন কংলৈপাকী লম ওইরম্ব সরুক য়াওরি ॥ (১) বর্মাদ পিথোকপগী মওংদ লৈখ্রব- বর্মাগী লমথৈ মনুংদ য়াওখ্রব কবো তমপাক (কবো ভেলী) অসি কংলৈপাকী লম ওইরম্বনি মহুত নত্তন চিন্দুইন তুরেল গী নোংপোক থ ব লম কয়া অমস্তু কংলৈপাকী লমথৈ মনুং চল্লম্মী ॥ (২) খাবোমদদি কংলৈপাকী লম অসি সমুদ্র মপানফাওদ সন্দোকলম্মী ॥ (৩) অরাংলোমদ অমদি অরাং নোংপোকদি হিরৌম্বপুর অমস্তং মোরান য়ৌরম্মী ॥ (৪) অরাংলোমদ হৌজিক লরিব দিমাপুর অসিগী রাংমদম্ন কংলৈপাকী লম লৈরম্মী ॥ (৫) নোংচুপলোমদ কংলৈগী লম কছাড়গী মনুংচনব চন্দ্রপুর কীব লমগী সরুক্তগী হেন্দোক্ন লৈরম্মী ॥ (৬) খ্বাইদগী সোনব নিংথৌসিংগী হাকথককাওবদ ওসিগী মণিপুর অসিগী পাক-চাউবদগীদি অতম খরত ওইরবফাওব অমম হেন্ন চাউহুন লাকই ॥ (৭)

---

(১) History of Manipur : J. Roy.

(২) My Experience in Manipur and Naga Hills. pp. 81 : Johnstone, James.

৩) History of Manipur, pp. 2 : J. Roy.

(৪) Ibid.

(৫) Secret Consultations, May 21 : 1829 : No. 1.

(৬) Political Consultations, May 28 : 1835 : No. 30-31.

(৭) My Experience in Manipur and Naga Hills. Johnstone, James.

## (ii) অতৈ অতৈন কৌব মীং

কংলৈপাক অসিবু অতৈ অতৈ হিন্দুসিংগী য়ায় থিজিন খোং চিনবগী থবক তৌব পণ্ডিতসিংন "স্বন' ভৌসক = সনা লৈপাক হায়ন কৌবন্মী ।। (৮) " স্বর্ন ভূমি " হায়নসু খণ্ডনৈ ।। মকম অসিবু আর্যসিংগী খুন্দাবদ খৌব লমমি হায়ন খীনদে । ভারতকী অরীব লমশৈংগী মনুংদ য়াওরমদব মরম ভারতকী অরীব মেপসিংদসু য়েকপদ যাওরমদে । সানসিংনদি কংলপাকপু 'কসে' কৌরম্মী । অন্না লৈপাকুদি লমদম অ'সব 'কথে' হায়ন খণ্ডনৈ । অহোমসিংন কংলৈপাকপু 'মকেলী' কৌই, কছাবীসিংনদি 'মগলী' কৌই । থায়নগী আসামীসিং অহুনদি 'মোগ্লান' কৌরম্মী । (৯) (১০) সিম্নিসিংগী নেরেভিভত অমদি মতমহুগী পাফলসিংদ কংলৈপাকী মমিংবু 'কসে' কৌরম্মী । রেনেলস মেমোয়র এন্দ মেপস ওফ ইন্দিয়াদ কংলৈপাকপু 'মেকলে' হায়ন কৌরমই । (১১) কনাগুম্ব পণ্ডিতসিংন বেদগী 'প্রৌতুক'বু কংলৈপাক অসিনি হায়ন মসক তাকপসু য ওই লৈন সিংথাবদ 'হীরন ওফ ইন্দীয়া= ভারতকী নোংমদোন লাইবৈবাক হায়ন খোল্লম্বসু যাওই ।। কনাগুম্বসিংন 'সেন্দ কাশ্মীর' অনীসুর কাশ্মীর হায়ন খোল্লম্মী ।।

---

(৮) পৌরাণিক ভারতবর্ষ : বেঙ্গল তৌক্লিকেল ইন্সটিত্যুং, কলকত্তা - ১৯০৮ ।।

(৯) A Glossary of Anglo-Indian Words : pp. 597 : Yule and Burnell.

(১০) The Cyclopedia of India : pp. 850-51 : Surgeon General Balfour.

(১১) History of Manipur : pp. 2 J. Roy.

## (iii) কংলৈপাক্কী কৌরক য়ারী

লৈসেম্লকপ মতমদ লৈপাক অসি ঈসিংন থুম্লম্মী। কোম্ন মালেম লৈসা ফাওরকপনি॥ (১২) পুয়ান পিব য়ায়োল অসি হৌজিক্কী থুমাং য়ামন চাওসিল্লকপ জেওলোজিস্তসিংন অয়েক্ন থুদম পিখ্রে। জেওলোজিস্তসিংগী মতুং ইন্না কংলৈপাক, ময়াং লৈপাক (কছার), তখেল (ত্রিপুরা), গারো চীংসাংসিং অমদি বেঙ্গল অসি ঈসিংগী মথাদ লুপ্তুন লৈরম্মী। মতম অতুদ পেসিফিক ওসিন্দ (সমুদ্রগী পেসিফিক্কী ঈথৈদ) অচৌব লৈপাক অম লৈরমমী। লৈকোইপুং অসিগী লৈরোন হোংলকপগী থোথোকসিংদগী সমুদ্রদ লৈরম্ব লৈপাক অসি ঈসিংগী আঃ মথাদ লুপখি। অদুগ কংলৈপাক, ময়াংলৈপাক, তখেল, গারো চীং অমদি বেঙ্গলগী লম-দমসিং অসি ঈসিংগী মথক্ত ফাওগৎলকখি। হায়রিব লৈকোইপুং অসিগী অহোংব অসি চহি মিলিয়ন ...গী আঃ মমাংদ ওইখিবনি হায়ন জেওলোজিস্তসিংন হায়। (১৩) মসিবু মীতৈ পুয়ান ফুকং থাংকং চিংখংজি হায়রুন থাংচীং কোই হায়ন সিংথারম্মী। (১৪) অতৈ অতৈ চীংগী চীংগোইরোন্দ হায়ন লৈরমদব কোম্ন ফাওগৎলক-পগী য়ারী য়াম্ন লৈ।

---

(১২) (i) য়াকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়া
(ii) লৈসেমলোন অলীবা পুয়া
(iii) সকোক সলাই থিলেল পুয়া॥ অসিনচিংব পুয়াসিংদ য়েংবীয়ু।

(১৩) History of Manipur : J. Roy.

(১৪) য়াকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়াদ য়েংবীয়ু॥

ইকুই কুইদন ওয়েংলোং ককপদ কৌবরু চৌংগী চীং-মাইদ ফুত ৫০০০ হেন্না রাংব মফমদ সমুদ্রদ লৈব ঙা অমগী কুইরব সন্না ফংখি। ফংলিব ফোসিল অসি সমুদ্রগী ঙা "কঙল" হায়বহুগী ওয়রনি॥ দাঃ হোরা না কৌবরু চীংদোলদগী ফংলিব ফোসিল অসিবু চহি মিলিয়ন ৪০ হায়বদি চহি লাখ ৪০০ রোম শুরব ওয়রনি হায়না বৈজ্ঞানিক বিশ্লেষণ তৌহুন মসক তাকখ্রে। লমদম অসিগী পুযাদস্তু সমুদ্রদ তাব মোইবুংব লমদম অসিগী ঈথুংস্তু ওইন সিজিন্নরম্বগী রাবোল ইরি॥ (১৫) অস্তুম ওসিগী চাওখংলব থুন্নাই অসিন খওলিব অহুঙৈগী মেলচৌ রা অসি পুয়াসিংদ লোইন খোৎচিন্দুন থমখী॥

অস্তুম তৌন চৌংগী চীং-নাপোমসিং অসি মখোং মখোংদদি ঈসিংন থুমহুন অহুম লৈখি॥ মমৈথংদ আখাৎপ লৈরোন লৈব চীংলোনসিংগী লকক অমদ (চীংমুংহুৎত) অহুং অখম লৈতন ঈসিং ঈবৈন ফুহুন মরীল তেংন হোহুন লেপ্প লৈতন তমপাক্ত তুংলম্ব ঈসিং অহু চেনথোকখি। রাকম অসিবু পুয়াদ চিংউ পাংগলবন হুৎতংঙা সাইওল তৌহুন চীংমু হুৎ হুৎলগ ঈরং ঈপাক অহু চিংথোকখি হায়ন সিংথারম্মী। (১৬) অস্তুম মুংসাগী মৈসা অমদি চীংমুংহুৎন মরম ওইহুন তমপাক্কী ঈসিং ঈপাক অসি মমৈথংদদি কংথরকখি। অস্তুম অস্তুম কংথরক্তুন তম-পাক্কী অনেম ময়োলদ থ্বাইদগী হান্ন কংব মফমহুবু কংব হাল্লে

---

(১৫) রাজেৎলোন পাথুপ পুন্না মেংবিয়ু॥

(১৬) রাকোকলোন থিলেল মলাই অমাইলোন পুকোক ওরিজিনেল, লাঃ ২৭॥

হায়রুন " কংলা " কৌখি ।। (১৭) কংগ হানগ মফমদ লাইওই-রব অহল লমনসিং অতুন কায়াংলোন য়েংতুন ঈম কৈ (য়ুম-কৈ) সাত্তন পানখি ।। ঈ। সাখিব অহানব মফম, ইম+সাখিব+মফম+অহানব ইমফম (ইমফাল) অমুম খঙনখি ।। (১৮)

মাক ব লম অমসুং পাকখোরক্লম লৈমান নোংলান কয়াং ১৪ গী লাইফম সেমকখি । অমুম সেমগ লাইফম ওই-রব মগদম অসি "কংলৈপাক" হায়ন কৌখি ।। অকংব লম পাকখোরক্লুন হায় কংতুন লৈবকপ চাংগী লমগ সম্ম-খিত্তুন পাক্ল চাওন কোনসিল্লিব শমবু পাকখোবকপ হায়ব রাজনথোক অসি তাক্লন "কংলৈপাক" কৌখিবগী মারী অসি রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক কৌব পুয়াগী অরব লাইরিক্ল,মক্লী লমাই ২৭ মুবদ মরীক চুমন মাওরি ।। কংলৈপাক কৌব লৈপাক অসিদ লাইরেম্বী ৭ পাম্ম-তুন পাখংবন য়েক সলাই ৭ পোক্লুন পাল্লকপ হায়তুন পুয়া অসিদ মরীক চুম ইরি ।। (১৯)

অমুম ঈপাক্ল কংথরক্লুন কংলাগী লমন পাকথোরক্লুন চাংতম অমত্ত ওইরকপগী ওল্লক্লিব কংলাক্লোন অসি জেওলোজিগী মিংয়েংলোমদগী কোল, গোতুইন ওসতেন না লোকতাক্লী

---

(১৭)(১৮) "চাংমুংহৎ হাঈনা কৌখিপা মফম অতুতা লাইচা ঈশিংপু চিথোকখিতুনা কংপা হাললে হাঈতুনা কংলা থেন-পুং হ ঈনা কৌখিপা ।। কংলা খেনপুং মফমতা লাইয়াম সিংনা লেপনপা মফমতা কায়াতলোন য়েংতুনা ঈম সালে ।। মফম অতুতা কংলা ঈমফম কৌখলে ।।" — রাঃ থিঃ স. অঃ পুকোকঃ ওরিজিনেল, লা ২৭ ।।

(১৯) রাঃ থিঃ সঃ অঃ পুকোক পুয়া, অরীব মসামক্লী লাঃ ২৭-২৯ ।।

নোংপোক থংব ভোরবালগী লৈপাক লৈহাওবু থুগাইহুন নৈনব-দগী তসেং তসেংব য়ারীনি হায়বসি খঙলে ।। (২০)

কংলৈপাক কৌথিবগী য়ারী অসি মঙাং নিংথৌন মঙাং ঈগী ঙাসাপা নিংথৌদ লীরম্মী ।। ঙাসাপা নিংথৌন অমুক মথং মথং লিরম্মী ।। য়ারী অসিবু মুংয়াম্বা নিংথৌ খ্রিস্ত চহি-রোন ১৫৬২ দগী ১৫৯৭ ফাওব হায়বদি মলিয়া ফম্বালচাগী চহিরোন ২৯৮৫ সুবদগী ৩০২০ ফাওব পালম্ব, অসিগী মতুমদমু চিংউ মাইচৌ অপোইননা মচান লীহুন হাম লৈরম্ব চেঙলবু অমুক হন্ন নৌন ইথোকহন্দুন থম্মী ।। অসিগুম্ব পুম্নাগী লাতম্নসিং অহুগী পুবারী অসি হৌজিকফাওবদ অমত্ত য়াত্তন লৈরি ।। (২১) ঙাসাপা নিংথৌন পালম্ব অসি খ্রিঃ ১৯৭৯ দা চাউরাক্ল চহি ৩৬৩৮ রোম সুরে ।। (২২) চহিসিদ মলিয়া ফম্বাল-চাগী চহিরোম ৩৩৭৬ সুরে ।। হায়রিব ঈপুথৌসিং অসিম লীরম্ব য়ারী-রাথোংদ "কংলৈপাক" কৌব মিংগী য়ারী মরীক চুম্ন লৈ ।।

পোকলৈত্তোন (পোইলৈত্তোন) খুনথোয়কপ মতমদ লৈরম্ব কংলৈপাকী কোম্নুং কংলাগী পাফল অহুদগী মতম মতমগী

---

(২০) কংলৈথোল : মে, ১৯৭৯ : লা ১৯ ।।

(২১) খ্রিঃ ১৯৫৮, ১৯৬৯, ১৯৭২, ১৯৭৬ অমদি ১৯৭৮ ৭৯ দা তৌথিব লৈপাকী থাক্ত ময়েক লেপ্পব পাংথোকখিব সর-কারগী অমদি ওয়গনাইজেসনসিংগী কনফরেন্সসিংদ পু-থোকখিব ময়েক ১৮ ন ইব পুয়াসিং অহুদ লেংন য়াওরি ।।

(২২) কংলৈ ঈয়েকী য়ারী (History of Kanglei Script) : লাঃ ২৪ ।।

# কংলৈপাক মীতে ঈমফম; কংলৈ পাফল

(পোইরৈতোন খুংঙোকপ মতম্মদগী পাম্মৈহেব হাকথকক্তাওবদ ওইরম্ব মওং)




কংলা পাকন অসি অরীব চে অহুমভাগী অমুক হন্না য়েকথোক্লগ নম্বথোকপা সক্তমনি।। (20)

হোংল্লক্লিব লাইফমলিংগী, তুরেলগী মওং মতৌম্ন অন্নুম খোংচিন্দন য়েকথোক্লম্ব পাকন্দ (ম্যেপ) লৈরি। পাকন্দ (ম্যেপ) অসিদ লৈপাক অসিগী মমিংবু সেংন 'কংলৈপাক' হায়ন্নহন কৌরম্মী। পাকন্দ অসিদ 'কংলৈপাক মীতৈ ঈমকম, কংলৈ পাকন্দ' হায়ন্নহুন থাহুন অয়ীব মীতৈ চেদ চেকসিন্ন কাম্নাংসিং অসি থনমই। পাকন্দ অসিগী অয়ীব সতুম অহু অরীব চেমক্তগী কোতো কাণ্ডুন কোতো অহুবু অমুক ম্রোক সাদোক্তুন মমাংগী লামাইদ উৎলি।

লৈপাক অসিগী লৈময়োন ওইব পাকন্দ ম্যেকপদ থাহুন লৈরম্নব 'কংলৈপাক' কৌব মিং অসি তসেংব লৈপাক অসিগী ম্নেলহৌঙৈগী মমিংনি। পাকন্দ (ম্যেপ) ম্যেকপদ লমদম অহুগী মমিং থাম্নিবহু তসেংন 'লৈপাকী থাক্ত খণ্ডলম্ব মিং ওইবননি। মসিমক্লন্থ লমদমসিগী মমিংদি কংলৈপাক কৌই হায়ব থিন্দুম তাকই। (২৪)

অয়ীব মতমদত্ত নত্তন মৈদিংঙু চিংথংখোম্বন পানব ১৮ সুব খ্রিস্তগী চাদকাওব লমদম অসিবু 'কংলৈপাক' হায়ন অহুম খণ্ডু নয়ন্মী। অতৈ মমিং ময়াম অম লংসিন্নক্লবকাওবদ কংলৈপাক কৌব মিংদি অহুম্মক লৈমকথি। মনিয়া ক্বালচাগী চহিয়োন ৩১৫৭ সুবদ খ্রিঃগী চহি ১৭৬০ সুবদ হিয়াংগৈ থা ১২ নি পানব সগোলসেন মুমিৎত চিংথংখোম্ব নিংথৌনে, ভাগ্যবতি থাকুমনে, খুনপোংচা মণিরাম সিদ্দানন্দনে মপু মনাই ও

(২৩) কংলৈপাক মীতৈ ঈমকম, ক লৈ পাকন্দ : য়ু খ্রিস্ত থৌদুন কংলৈপাক থৌসিনকোম কোংদোকথিব অহুম্নু য়েংবিয়ু।

(মমাং লমাইগী)

(২৪) কংলৈপাক কংলৈলোল অমমুং কংলৈ-ঈয়েক :১৯৭৮ : কমথৌলুপ। অসিদমু য়েংবীয়ু।

তাম্নুন কংলৈপাকী কুমলীং পাব অম হৌদোকখি। (২৫) চৈথারোল কুম্বাব অসিগী লাতমমক্তদ চহিরোন অম হৌদোক-লিব অসিবু 'কংলৈপাককী শক' হায়্নুন মমিং থোল্লি। লৈপাক-লিগী মমিংবু কংলৈপাক কৌই হায়ব্রি। (২৬)

ঐখোয়্‌না লমদম অসি মহাভারতকী মণিপুর অহু নত্তে হায়-রবদি করি ওইরগে হায়বহু তাক্তব য়ারোই। মমিং মিংথোল অম লাল্লবদি অচুম্ব অহু উৎকদবনি। নংত্তেমক হায়রগ তোক্লবদি মন্থন মীহৌরোলবু মপুং কাহনব ওয়্দে। হৌজিক্তি তসেংন লমদম অসি মহাভারত পুরাণদ পল্লিব মণিপুর অহুনি হায়বসি য়ুমকম য়াও-দব, মরক্ত লেমখিব থারীনি খওবতা নৎত্তন তসেংম অহুউদ কংলৈ-পাক কৌহুন লাকই হায়বসিমন্থু খগলে। হৌজিক মসিদ চিংননিং-ঙাই করিমৎত লৈত্তে। মীহৌরোল থোঙ্গাই পাঙ্গুন মতোমত চোংথোক্তুব্র মসক তাকচবনি।

কংলৈপাক কৌব লমদমগী মতিক ময়াই থাবদ সিজিন্নব মিংদি মলীং য়ামমী। করিগুম্ব পুয়াদ খুদম ওইন লাকোক লমলেনদ কংলৈপাকপু য়ুরাপললী হায়ন সিংথারি। পুয়াসিমক-তদ ময়াই সুমতোংপান হায়নসু লিংথারগী, হায় সেমব কোয় লোইব হায়নসু কৌরগী। হৌজিক্তি কংলৈপাকপু সিংথাবদ সনা লৈপাক, পোইরৈ মীত্তৈ লৈপাক, মৈত্রবাক, মাত্রেবাক, কংলৈ অমুমন তোঙাান তোঙাানব য়াহৈসিংদি

---

(২৫) চৈথারোল কুম্বাব : লাঃ ১১০।

(২৬) 'মপু মনাই ও মানা তাম্নুনা মীত্তৈ কংলৈপাককী শক অমা লিংহুনা পানজি থোকএ।'—চৈথারোল কুম্বাবা : লাঃ ১১০।

শিজিন্নবস্নু য়াওনৈ। অহুবু পুন্নমক অসিদি সিংথাবদ, মহাক্কী মতিক ময়াই থাবদ মতম মতমগী শিজিন্নব সিংথারোম্নি। ইন্দিয়া অসিবু হিন্দুস্থান -হিন্দুগী লৈপাক হায়না হিন্দু য়ামনা লৈ হায়রুন সিংথাবত্তা-বনি। তসেংনা মিং অহুগী কৌরক তারী লৈব পূরান য়ুমকম শিবু, লৈপাক্কী থাক্ত লৈপাক-নিংথৌ থত্তন চৎনরব লৈপাক অসিগী অহুডৈগী য়েলহৌ মিং অহুদি 'কংলৈপাক' অসিনি। ওসিন্নু 'কংলৈপাক' হায়রব মমিং অসিনা মণিপুর হায়রব য়ুমকম য়াওত্রব মমিং অসিগী মহুৎ শিন্দুনা লৈপাক শিনব থুংনা শিজিন্নব হৌরক্লে। মীচৌ-রোন চুমথোক্নবগীদমক্ত তাঙাইফদনা মণিপুর হায়রব মিং অসিগী মহুৎ কংলৈপাক শিন্দোকপ তাবনি "অহুডৈগী কংলৈপাক মণিপুর নত্তে॥"

হা হং হৈ হে হিং

-লোইরবা-

অইবগী ফোংখ্রব লাইরিকসিং :—

১। কংলৈ ঈয়েক ( A Thesis on Meetei Mayek )।

২। কংলৈপাক কংলৈলোল কংলৈ ঈয়েক।

৩। খমওই য়াংওই সেকনিং পুয়া

( অমস্নুং সন্দোক্ষ হন্দোকপ )

৪। কংলৈ ঈয়েক্কী ৱারী

( A History of Kanglei Eeyek )।

৫। সনামহি লাইনিংগী সজিফু চৈরাউব।

৬। ,, ,, মিংথৈ কাংলোন।

৭। মীতৈ ময়েক তম্নব মপী লাইরিক।



সলাই পুন্সিফমগী থাগী চেফোং

"কংলৈখোল"

ঈপানাং ঈপুনাং, সনামহী লাইনিং, পুন্সিরোন, পুন্সিরোন-হুলা, পুন্সিরোন লাইনিং, পুন্সিরোন থৌনাকাংলোন, চিন্জাক কাংলোন, লোয়নসিলোন, মী হোরোন, চাংদম্নব, নৈনব, লৌসিং কয়া অমদি লমচৎ সীচৎ সেমদোক্নুন অনৌব অওনব পুন্সি অমমম পুরক-নব-কংলৈ খুনাইসিংগী অমত্ত ওয়ানব থা/থাগী চেফোংনি, খোঞ্জেলনি— "কংলৈখোল"

চাং নাইন লৌবিয়ু, অনৌব খুনাই সাগৎপদ মতেং পিনরসি।

সলাই পুন্সিফম

সিটি ওফিস ইমফাল

হেদ কার্ডর লমসাং–তাউখোং